অহানবা থুংনম—April 1998

কোপী মশীং—১০০০



মমল—লুপা ২৭.০০

ফংফম :—

(১) New Life Stationary
Pratap Gali, Paona Bazar Imphal

(২) A.G. Book Store
Mekola Bazar Mekola.

নম্ফম:—কে, আর প্রিন্টিং প্রেস কৈশামপাং নম্বুল লপাল ইম্ফাল,

# কচচবা

লাইশ্রেম শাগৈদা পোক্লচবী,
চোংথাম কোন্দা ওংজবী,
অমুতোম্বী হায়না মিঙ্গোবী,
ইবোক্লি ঐহাক্কী নুংশিজরবী।
রাঙাঙ অমা প্রমান অমা,
রাতা অমা পাউরো অমা,
হায়নৈ শোন্নে লৈবাক্লা
প্রমান হৈবী অমুতোম্বী,
চীনক্ষেল ফবী চাওবীগা,
ইবোক্লি ঐহাক্কী নুংশিজরবী।
তাজহৌবদগী ইবোক্লা হায়বদা
তক্ষজহৌবদো ইবোক্কী পাউরো
ইজবনি ঐহাক্লা ঐগী—
"মৈতৈ পাউরো অমসুং চংনবী লোন্দা"।
রাজখিবা নংগীদমক ইবোক্লা
করি লৈজদে লমন-শিংনবা,
কচ্চরি ইবোক্কী খুৎয়াদা
"মৈতৈ পাউরো অমসুং চংনবী লোন্দা"
হায়নহৌরনবা ইবোক্কী পাউরো
তুংগী মীরোন্না মতম কুইনা।

কচ্চরিবা—

চোংথাম কুবের

# হায়জবা

কয়িগুম্বা খুদোংচাদবা মরম থরদগী চেকশীন্না Proof পাবা অমম্লুং চুমথোক চুমশীন তৌবা ঙমহৌদদ্রুনা লাইব্রিক অসিগী অহানবা শরুকী ময়ামবাইদা বাহৈগী অরাম অয়াংগী মতাঙদা বানানগী অশোয়বা থয় য়াওগ্রে। খুদম ওইনা "থৌরক্কা" হায়গদবদা "থিরক্কা"; "কাউনবা" হায়গদবদা "কাওনবা" হায়বন চিংবা অশোয়বা থয় য়াওখিবগীদমক পাবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি হায়না থৈ। মথংগী খুৎনমদা ময়াম্না পীবিরকপা Suggestion শিংগা লোয়না চুমথোকচনবা হোৎনজগে।

অইবা

# য়াংহীদোক

মৈতৈলোনবু ফজনা মমুৎ তানা খঙননবা নৈনরিবা মীশিংনা মৈতৈগী প্রমান পদ্মে, পাউরো অমসুং চৎনবী লোন্দাশিংসু খংদবা য়াদে। মুতিগী ভাঙন শানবা মতমদা ঐখোয়না পাউরো অমসুং চৎনগী লোন্দানচিংবা অসি তোয়না শীজিন্নে। মখোয়শিং অসিগী অথ অমদি শীজিন্নফম অহু খঙল্লবদি মৈতৈলোন ফজনা খঙলে হায়না লৌবা য়াদে।

পাউরো পাউতাক্লচিংবা শীজিন্নহুনা য়া ভাঙবনা ভাঙলিবা য়ৌগী হৈশিংব উৎলি অমসুং তারিবা মীদা ভাঙলিবা বাঙাঙ অহুগী অর্থ ফজনা খঙহনবা কুমই। মরম অহুনা অহল্লমনন্দিংনা প্রমান-পদ্মে, পাউরো অমসুং পাউতাক শীজিন্নহুনা ভাঙনরম্মী।

প্রমান-পদ্মে, পাউরো অমসুং পাউতাক অসি খরা কুপা খল্লর-গদি খরা খরা খেন্নরগুম তৌই। প্রমান হায়বা বাহে অসি মৈতৈলোনগী য়াহৈদি নত্তে. অহুবু মৈতৈশিনা করিগুম্বা পোৎ নত্রগ থবক অমা অতোপ্পা পোৎ নত্রগা থবক অমগা হকথংননা চাংদম্নহুনা ফোঙদোকপন প্রমান তৌনা হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা—(১) পুনিমাগী থাজনা ইকাংজবী য়াধাগী মায়থোঙিনী। (২) নহাক অমা শিংদি লৌক্তাকী থগোই অহান্বা অমা কায়বঙবনি।

পাউরো হায়বা অসিনা করিগুম্বা য়াফম অমা ফেংভাদোকপা মতমদা য়াফম অহু থয়েক শংনা অমসুং লায়না খঙহন্নবা অতেপ্পা হায়া থোকপ্রবা মীনা খঙনররবা নত্রগা তাপ্রবা য়াফম অমগা

চাং দয়ুহনা ফোঙদোকৈ। চাংদয়রিবা অতোপ্পা রাকম অদুবু পাউ'রী হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা:— মীনাই অদুনা সাহেবকী য়ুমদা অমুক চুপ্পা বানা থবক শুরে অদুগা সাহেব লাক্লগদি লালুপস্থু কাবা ৱাশস্থু শাবা হায়দুনা থবক নীংখিবা তৌরমদে হায়দুনা চৈবীরে। মফম অসিদা "থবকস্থু তৌরগা চৈবস্থু চৈবীব।" অসিগা 'লালুপস্থু কাবা ৱাশস্থু শাবা হায়বসিগা চাংদয়রি। অদুবু হৌজিক্তী অঙাংশিংদদি "লালুপ কাবা" হায়বনা করিনো "ৱাশ শাবা" হায়বনা করিনো খঙদবদগী রাকম অসি ময়েক শেংহনবগী মহুত্তা করিগুম্বদা চময়বদুম পোকহল্লি।

অমুক পাওতাক হায়ব অসিদনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা কৈ নত্রগ ফঙে, তৌগদবনি নত্রগা তৌবোইদবনি হায়না তাক-পনি। খুদম ওইনা— ১) অহনগী মথীনা চফু মেল্লি, অহনগী মরা লৌদুন থবক তৌগদবনি।

(২) নহা ওইরিঙৈদা নহে তম্মু, নপাঙ্গল কল্লীঙৈদা নয়ল তাল্লু।

(৩) শামুনা তাল্লগা চীংচেপ্প' চেল্লু।

অদুম ওইনমক প্রমান, পাউরৌ, পাউতাক হায়বসি মমা অমগী মায়া শকমায়ব মচা ফাইবোক্ত্রা ইমান য়ায়বগুম তৌই। য়ামা মগা থায়না অসিনা অসিনি হায়দুনা থায়দোকপদা লুনা থোকই। মরম অদুনা লাইরিক অসিদদি প্রমান অমস্তুং পাউতাকস্থু পাউ'রৌগী মহুং চন্না ইরে।

পাউরৌগী হৌরকফম — পাউ'রৌশিংগী হৌরকফম লৈ। ম'খায় অসি মক ওইবা থোদোক য়াথোক, ফুঙ্গা য়ারী, ধর্মগা মত্রী

লৈনবা বারী পাউরি তরী লৌথোরকপা। ভাঙ্কদি। খুদম ওইনা শবী হায়বা অসি উত্ম রাক্ম চীকথংপা ভম্বা অচৌবা ময়া পানবা অপীকপা শা অমনি। শবী মচানা মমাগী অচৌবা ময়া অহুবুদি উবা ফংই অহুগা মশাগী অচৌবা ময়া অহুদি উবা ফংদে। মমম অহুনা মচানা মমাদা 'ইমা নঙগী নয়া অসি চৌখ্রেদা" হায়হুনা নোক্নে হায়বগী বারী লৈ। মসিদগী শবীনা মমা নোক্নে হায়বা পাউরো অসি খোরকখি। মসিগী অর্থদি মশাগী ফত্তবদি উদবা নত্রগা খন্দবা অতোপ্পা মীগী ফত্তবদা য়েংশিনগনবা মীগী লমচং শাজংপু থগনৈ। মতমগী মতুঙ ইন্না অনৌবা থৌদোক কয়া থোরকপদগী অনৌবা পাউরো কয়া অমম্ম থোরক্নি। নৌনা থো-রকপা পাউরৌ অমা :— রসিয়াদা নোং চুরগা বেঙ্গোলদা ছাত্তিন খাল্লি।

চংনবী লোন্দা :—

চংনবী লোন্দা ( Phrases & Idioms ) হায়বা অসিদা রাহৈগী চপ চাবা অর্থ অহুত নত্তনা মমুঙগী ওইবা তোঙানবা চংনবী অর্থ অমম্ম ফোঙদোকই। মসি ঐখোয়না মুতিগী ভাঙন-শানবদা ভত্তনা শীজীন্নবা লোন্দা অমনি। খুদম ওইনা—"শম চাবা" হায়বা অসিদা রাহৈগী চপ চাবা অর্থদি শমু শায়হুনা চা-শীনবনি। মসি নত্তবা চংনবীগী অর্থ অমনা শম ফানবা য়াবা থাঙগী অথৌবা মরাবু থগনৈ। "মসি শম চাবা থাঙনি" হায়বা অসিদা থাংনা শম চায় হায়বা নত্তে। থাঙ অসি শম ফানবা য়াবা থাঙনি হায়বনি। অহুগা অমুক "অঙাং অহু শম চারে, লৌ-থোকপীয়ু" হায়বা অসিদনা অঙাং অহু শম চাহুনা য়াহুংদা লৈরে

হায়বনি। লাইরিক অসিদদি চৎনবীগী অথ অমদি পীজিন্নবগী খুদমত্তমক পীতুনা নৈনরে।

পাউরো অমসুং চৎনবী লোন্দা'শিং অসি মৈতৈ খুন্নাই অসিদা নৈহৌরোন্দগী মীরোন কয়া, পুথাও কয়া ময়ং ময়ং হুগ্রথরকপদগী লোঁ লমগী নত্রগা মীয়ামগী মরক্তা বাহৈ রাতা থর খেন্নবস্তু মাওই।

খুদম ওইনা :— কনাগুম্বনা "মনানা হৈরাং শাবা" হায় অদুগা কনাগুম্বা অমনা "মমানা হৈমাং শাবা" হায়। অদুবু অর্থদি অদুম মাথৈ। অমুক কনানা হায় 'লৈকাই পাথৌ লান্দা শি' অমনা হায়, "ইকাই পাথো লান্দা শি" অসিস্তু অর্থ'দি মাথৈ—"ইজ্জৎ ওারুবগীদমক খুদোংথীবা মায়োক্লবা" হায়থনি।

অওাংশিংনা তোয়না তাবদগী অমদি শিজীন্নদবদগী পাউরো অমসুং চৎনবী লোন্দাশিংগী অর্থ' মুন্না খঙদে। মৈতৈ লোনবু সবজেক্ত অমা ওইনা নৈনরিব ছাত্রশিংগী মফমদা মথেঙ থরদং পীবা ওস্বা মাই অমসুং মমগী খুপী অওাংশিংনা পাজবদা পুক্লীং লৌশিং ওইথনি হায়না থজতুনা লাইরিক অসি পুথোকচননি। লাইরিক অসিগা মরী লৈননা মথাম্বা পীনিরকপা Suggestion পুন্নমক ওরাম্মা লৌজগনি।

———  —

# মৈতৈ পাউরৌ অমসুং চংনবী লোন্দা

## ( অহানবা শরুক )

## পাউরৌ

১। অকনবনা অচুম্বা শকই।—( অকনবনা নমহুনা অশোনববু অয়ানবা তাহনবা ) এক্কাগাড়ী তোংবা পাথঙ অমনা লগী চুম্না চংচবা অঙাং অমদা ভকশীন্দুনা অঙাং অহু য়াম্না ঙীনা শোক্লে। অকনবনা অচুম্বা শকই হায়রহুনা গাড়ী লাক্লগা থৈদোক্কে হায়রহুনা অঙাং অহুবু ফুবিরে।

২। অঙাওবা মশেল লোংকোংনৈ।—( ভাব তাদবা মশেল ঙাংনবা, মরৈ য়েংনবা )। মীয়োল কয়া থুংকাত্তবা চন্দ্রগা মনিগা অনী অহু ঙাইগাক্তা লৈমিন্নবা য়াদ্রে। অঙাওবা মশেল লোংকোংনৈ হায়রহুনা করিনো অমদগী হেক্তা য়েংনরকই।

৩। অঙাও ক্বোশু চরা নোংথৱৈ।—( নিংথীনা থবক তৌবা হৈতবা মীনা তৌবা থবকসু কান্নদে য়াওই )। অঙাও ক্বৌসু চন্না নোংথৱৈ হায়রহুনা ঙরাংদি চাক থোংবিনবা অমত্তা লৈতহুনা হুপীমচা পিশক অহুনা চাক থোংলগা ময়াম চারে।

৪। অঙাংদি নীংথাদা থঙই।—( তুংদা ওইরকদবা মীগী গুণ অহু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা উংলকই)। মাগী মচা অহু পোং অমতা তাবা য়াদে, থুন্নগা হেক্তা পুথি। অঙাংদি নীংথাদা থঙই হায়রহুনা হয়েং চাওরগা মথুং মশা শাংগদবা মাল্লি।

৫। অঙাং নিংঙাই চাওবনা ঙাখোক রাম্না চায়।—( মরৈ কনবা মীনা চাকথুঙ হেম্না কই )। অঙাং নিংঙাই

চাওবনা ভামোক য়াম্না চং হায়হুনা মরৈ কনবা এম, এল এ শিংনা চাকথুড হেন্না লৌই।

৬। অঙাংনা মৈ কিদে—( থঙদবদগী খুদোংথীবা য়াবা পোংপু লায়না থনবা )। অঙাংনা মৈ কিদে হায়হুনা মুপামচা অমনা ইলেক্ট্রিক পোষ্টতা শাবা উচেক মহুম্মদগী মরম লোকপা কাথংপদা মৈনা চিংহুনা শিরে।

৭। অঙাংনা যুমদা মৈ থাবা চাক্কে হায়বা লৈতে।—(অঙাংসু অমাঙ অতা থোকপা য়াবা থবক তৌবা য়াই )। অঙাংনা যুম মৈ থাবা চাক্কে হায়বা লৈতে মরম অহুনা অঙাংদা মৈথেং পীহুনা শায়হননা ফংতে।

৮। অচাকপা মৈদা ঘী হৈবা।—( শাওরিভৈদা অমুক হেন্না শাওহনবা) ঐনা হান্না শাওহুনা লৈরিভৈ অসিদা মহাক্না ঐবু হেনা শাওহন্নবা রা হায়রহুনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈরে।

৯। অচেনবসু চয়োম অতানবসু চায়োম।—(অচেনবা মীসু বায়, অতানবা মীসু বায় )। ভোম্বগা চাওবগা ইখোলগী থংনবহু মমুঙদা ভাইশিন্নবা য়াদহুনা কোর্ট কানখ্রে। ছৌদি কি অচেনবসু চয়োম অতানবসু চয়োম হায়হুনা শেল ভিংনবা তারে।

১০। অতুম্বা নোংশাগী খয়াত্তা শাজনা কৈদো নুংদসু চঙলক্তে। - (শক্রবদি চাক্রে। অতুম্বা নোংশাগী খয়াত্তা শজিনা কৈদোঙ্গুংদা চঙলক্তে হায়হুনা শক্রবদি নঙগীদমক আইনা করিসু থাদয়ক্রোই।

১১। অতোঙবদা লৈথোনবা অকুংপদা লৈতৌবা— (থবক তৌবদ। ওইজবা)। মঙীদি রাদনা শেল য়াম্না কংগ্রে। অ:তাঙবদা লৈথোনবা অকুংপদা লৈতৌবা হায়রুনা হায়া লৈজরবা পুখ্রী অমনবছু তেংথোক্লগ। ঠিকাদারদগী অনৌবা শেল লৌগ্রে।

১২। অপঙবগী মরল অশিং.বনা চায়।—( অশিংবা মীনা অপঙবা মীবগী খুদোংচাবা লৌই)। মন্ত্রিগী মশেল মুপানি হায়রুনা মশক মনা থঙদবা মুপা অমনা থবক হাপ্লোগনি হায়রুনা তোমচাদগী শেল লৌগ্রগা থবক হাপ্লদি লায়ররুনা মশা থিবা কংদরে। অপঙবগী মরল অশিংবনা চায় হায়বছু তারে।

১৩। অপঙনা লান্দা থৌই।—( অপঙ থোনা ) মরীল ফরবনি হায়রুনা অপঙনা লান্দা থৌই হায়বগুম। গুন্দা তরামুকা মতোমতগা ফুনবদা ভরাং মধুচক্র অছু মশা পুমনক ঈহত নাইহত শাবমখৈ ফ.দংগীরম্মে।

১৪। অপাংপদা হয়িং থাজীনবা। — ( পামজবা মকমদা থাজীনবা )। মু য়াম্না থকপা পামজবা নহা অছু য়ুরোনবা হোটেল অমদা থবক তৌগ্রে। অপাংপদা হয়িং থাজীনবা তারে।

১৫। অকৃবা মাদা শাওবে চৈ থাঙবা মীদা শাওই। (অকায়বা তৌরক্লিবা মীদদি শাওদে, ইনথীনবা মীদা শাওই ) ইচামু গী অহ ক রিমু থঙজগ্রিবীনি। লৈকাইগী মুগী মুপা চঙহুনা

ঐনা পামজদবা মু হকপা মুপা অদোম শেমজুনা চেংজনখ্রে। অফুবা মীদদি শাওদে চৈ থাঙবা মীদা শাওই হায়জুনা মুপী শেম্বা মীশিং অম্ব ফংদেকদবনি।

১৬। অমা চংপা অশিবা, অনী চংপা পাউদাবা, অহুম চংপা অহিংবা।–(লম থাপ্পা চংপদা অমখক্তা চংপদি থুদোংথীবা নংবা য়াই)। থুদোংথীনীংঙাই ওইবা মফমদা নত্তোমত্তা চংকম্ব। অমা চংপা অশিবা, অনী চংপা পাউদাবা, অহুম চংপা অহিংবা হায়বা লৈ।

১৭। অরাউ কনবনা থুম্লাকপা শকই।–(য়াম্না কন্না ঙাওবা মীনা মচীন চংপা মী ওই)। লৈকাই খুল তিম্নবদা কন্না কন্না ঙাওবা অমস্তুং লাওবনা মরা লৌগদবা নত্তে। অরাউ কনবনা থুম্লাকপা শকপা য়ারোই।

১৮। অরীক মরল শুম্না চায়।–(অরীকপা মীগী মপোং আরেপ্পা য়াঙই)। অরীক মরল শুম্না চায় হায়বনা চাওবীনা য়াম্না লুনা ইম্নদবা মথৈ লোত্তু না থমজবা ইনফি অম্ব থরম্মানা লোইনা চীকথংলম্মে।

১৯। অওক ওকথোংগী কাঙক্রম ওইবা।–(নাকল অমদগী অমনা অমুক ঈন আত্তোপ্পা নাকল অমদগী অমনা অমুক ঈন ঈথোক ঈনশীন তৌবা)। নঙনা ঐবু মঙোন্দা হায়রুচো হায়জুনা হায়রুরে। মানা অমুক নঙনা তৌগদবনি নঙোন্দা হায়রু হায়রে। চৌজিকস্তু অমুক নঙনা মঙোন্দা চংলু হায়ব্রিবসিবু ঐবু নথোরগী অওক ওকথোংগী কাঙক্রম তারব্রা?

২০। অরা মচা লেম্না মাওদে নারগা হিঙ্গন্দে।— (অরাবা থবক খুদিংমক্কী কান্নবা লৈ অদুবু অরাবা ময়াম পুনশীন্নগা হকচাংদা অমাঙবা লাকই)। নোংজু হুংশা থাক্তুনা পঙশূদা শ়গন্থু হকচাং শোক্কনি। অরা মচা লেম্না মাওদে নারগা হিঙ্গন্দে হায়বা লৈবনি।

২১। অশাবদি অশাবনা লোকই।— (শাওগনবা মীদি মওোন্দগী হেন্না শাওগনবা অমা লাক্লগা হন্থরকই)। কালা মান্না শাওগল্লি। অশাবদি অশাবনা লোকই হায়দুনা মানা শাওরিবা অদুদগী ঐনা হেন্না শাওজীনবদা মহাক হেক্তা হন্থ-রকই।

২২। অহল মথীনা চফু মেল্লি।— (অহলগী পাউতাক্লা অরাবা অমসুং খুদোংথীবদগী ঙাকথোকপা ঙমই)। অহন্না হুমিৎ থা উবা হাল্লি। অরা হুংঙাই খোদোক কন্না থেংনরক্লবনি অহলগী মন্না লৌদবা তৌগ : অহলগী মথীনা চফু মেল্লি হায়বা লৈ।

২৩। অহিং অমা তুমদ্রগা হৈতুপ মশুং অমতন্থু ফংই।—( করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোক্লবা অহিং মিংশেল থাওদুনা হোৎনরবদি কান্নবা থজিক্তন্থু ফংই)। নমান্নবদগী হেনগে হায়রবদি মথোয়না অহিং তুমদুনা লৈরিঙৈদা নঙনা অহিং মিংশেল থাওদুনা কন্না হোৎনবা ভাই। অহিং অমা তুমদ্রগা হৈতুপ মশুং অমতন্থু ফংই হান্নবা ঙা লৈ।

২৪। অয়ুক্তা হৌবা নোংগুম্বা।—(তুং কোইদবা, ওইহাক্তী ওইবা)। ওসিদি শুপামচা অহু হৈনিংঙু রমান্রে, ওন্তানা হৌগত্তুনা শোংচৈ থাগদৌরিবনি হায়হুনা লৈবাক তৌরম্মী। হয়েংদি অমুক তৌরোইদবনি। অয়ুক্তা হৌবা নোংগুম্বনি।

২৫। ইকাই থাগুদগী কংকোংলি।—( ইকাইবদগী তৌকম থওদবা )। লৈশাবী অমনা ফি শেগায়বা শেংলগা থোঙ্গ্যাদা ঈরুজরিবেদা পাখঙ থরা লাক্লম্মী। লৈশাবী অহু চেহোকপসু নংহৌগহুনা ইকাইথাগুদগী কংকোংলি হায়হুন মমাই শুকথরগা থোঙ্গ্যাদা ঈশিং পগচাইদা চাইথংহুনা থাক্লম্মী।

২৬। ইখুং লাম্হোকলগা মীখুং লাম্হোরকই।—(ঐনা মীগী মতেঙ পাঙলগা মীনসু মতেঙ পাংলকই)। মীগী থোংদাক রাথোক্তা নঙদি অমুকসু চংগে, নঙগী থোকপা মতমদা কনানা লাকপিগনি। ইখুং লাম্হোকলগা মীখুং লাম্হোরকপনি।

২৭। ইচা শুমগে নচা লৌথোকউ।—( মশাগী কাম-রগা লোইরে থনবা মী )। পোংকম অসি ইমা হাক্তুগী ফমহুনা লাক্লবনি। ওসিদা কৈথেল অসিদা লাক্লগা চথোকউ নঙনা ফম-গনি হায়রিবসিবু, ইবেম্মা. নচা লৌথোকউ ইচা শুমগে হাম্নবহুদি রারোই।

২৮। ইতাও ঐগী মিংসি মতোন্দা পাদয়বদি থঙ-শদবনি।—( পোং অমন্ডদা মী অমগা অমগা মিংথেং থোক্রে )। ইতাও, নঙনদি ঐনা কোয়জবা মুপী অহু মশক থী হায়রি, ঐদি

নাবু হেক উ দা পঙমুংদ মুংশি। ইতাউ ঐগী মিৎ অদি নঙোন্দা পাল্লমবদি খঙগদবনি।

২৯। ইরোই লৈদ্রিবৈঙেদা হৌদোঙ হাংপা।— (অনৌবা পোৎ অমা ফংলগনি হায়রগা হান্না লৈরম্বা পোৎপু থংরোইদবা) স্কুতর অমা লৈরগনি হায়বগা নঙগী হান্নগী একাগাড়ী অদু য়োম্বোকখ্রবদি করিগুম্বা স্কুটর লৈরক্রবদি নহাক স্কুল চৎপা য়ায়রোই। মদু ইরোই লৈদ্রিবৈঙেদা হৌদোঙ হাংপা থোকই।

৩০। ঈগী লমন ঈনা শিংগদবনি।— (ফত্তবগী লমন্দি ফত্তবনা থুংগদবনি)। মানা ইপা হাংখিবগী লমন্দি মাবু হাংপনি। ঈগী লমন ঈনা শিংগদবনি।

৩১। ঈরুজদনা হৈবী তৈবা।— (মসুংদদি ফত্তনা মপান্দা মালহনবা)। মংকোক অসি নোংমতম্ন চঙহি উতি লুজদে, থাওদা পঙতৈদা তৈশীল্লি, নমথিবনা লোইরে। ঈরুজদনা হৈবী তৈবা হায়বগনি।

৩২। ঈরুজনীংবগা থোঙ্গা তেকপগা মান্নবা।— (হান্না তৌনীংগুমা লৈরম্বা থবক অদু তৌনবগী ভাঙ্গা ফংবা)। ঐ হান্না কৈথেলদা চৎনীংগুনা লৈরম্বনি। পাঙ্গিনা কৈথেলদগী পোৎচৈ থর লৈরুনবা পাওথোন শীরকপসি তান চারে, ঈরুজনীং-বগা থোঙ্গা তেকপগা মান্নরে।

৩৩। ঈশিংঙা ঙানপ্পা মথী ফায়বা উবা।— (মীগী লমচৎ শাজৎ কুপ্পা খঙবা)। নঙনদি ঐ খঙলোয় হায়রগা

ভাওরবা শ্বারিবা ঐদি নওনা তৌরিবা পুম্নমক হো ত্রাং হোনা উরে। ঐদি ভানপা ঈশিংদা মথী ফায়বা ডবা মীনি।

৩৪। ঈশিং থন্দবা চফু নীকথোকই।—( মস্তিক চাদবা মীনা অফাওবা শাবা )। লুপা তন্না ফাওবা পায়দবা মুপা অসিনা ভাওবদি লুপা লাখ-লাখ পায়বগী রা ভাওই। ঈশিং থন্দবা চফু নীকথোকই হায়বত্নুনি।

৩৫। ঈশিং লুই লুদে থরো মরীদা খওই।—(মী অমা কৈ নত্রগা ফত্তে হায়বসি মানা তৌথোরকপা থবক্তদগী খওই)। মহাক পুকচেল চাওবা ইজ্জৎ লৈবা মীনি হায়ত্নুনা মতোমতা পওথাদা খাগৎচৈ, মীনদি মন্না লৌবিদে। মহাক্কি মানা হেক ওইজত্রিবা মথৈ করিগুম্বা থবক অমতা তৌদে। ঈশিং লুই লুদে থরো মরীদা খওই হায়ত্নুনা মহাক পুকচেল চাওই চাওদে হায়বা মানা তৌথোরকপা থবক্তগী খওই।

৩৬। ঈশিংদা লৈতুম থাদবগুম্বা।—(ঈ-পাও ফংদবা) ইচা মুপা অত্তু শেল তাল্লুগনি হায়ত্নুনা মুমদগী চৎখিবা কুইরে। অত্নুবু কদায়দা লৈবগে কন্নম তৌরিবগে হায়বা ঈশিংদা লৈতুম থাদবগুম করিমত্তা খওদরে।

৩৭। ঈশিংদা থাওনা য়ানবা মমি তাদে।—(মৈথায় থিনগাইবদা অকায় অতোয়গী খুদম লৈতবা)। অভাং মুংশিদবা ভাংসি চৈনা ফুরুম্বু, চৈকম লৈরগা মমা মপানা শাওগনি। ঈশিংদা থাওনা য়ানবা মমি তাদে হায়ত্নুনা চৈকম লৈতনবা তিকি হোংলগা লাক্লগদবনি।

৩৮। উ লৈতবা লমদা কেগোনা মুম্বী ওই।— (মতিক চাবা অফবা ফংঙ্গবদি হন্থবা ফত্তবনা মঙ্গৎ শিল্লি)। চীংগী খুন অমদা লাইব্রিক হৈবা মী অমতা লৈতবদগী উ লৈতবা লমদা কেগোনা মুম্বী ওই হায়দুনা ক্লাস টু ফাওবতা তমহোবা মনিস্কানা লাইব্রিক হৈবা শারদুনা অঙাং ময়াম লাইব্রিক শম্বীরম্মী।

৩৯। উচি কলক ময়ুম মৈ থাই।— (শাওনিংবদগী মশাগী মপোং মাঙহনবা)। উচি কলক ময়ুম মৈ থাই হায়দুনা অঙাংশিংনা হৈ হেক্তুনা চায় হায়বগী শাওদুনা অঙাহনলনা মাগী ইংখোলদা হৌবা কোম্না পাম্বী ময়ামদু লোইনা যাম্থৎলম্মী।

৪০। উচেক অচৌবনা মত্থম চাউনা শাই অপীকপনা পীক্লা শাই।— (মশা মশাগী লৈজবা থাক্কী মতুংইন্না থবক তৌই)। উচেক অচৌবনা মত্থম চাওনা শাই অপিকপনা পীক্লা শাই হায়দুনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা ফুরা দোলান শাই, লায়রবা ঐগীদি উ রানা শাবা তাই।

৪১। উক্তাও তুবদা উরী রারী তংলি।— (অচৌবা মীনা ময়াম চাসথরকপদা মাগী মতেংনা ফিংজবা কয়া অরাবা নংই)। উক্তাও তুবদা উরী রারী তংলি হায়দুনা হন্দক ইঞ্জিনিয়ার সাহেপা থবক তংপা অসিদা মাগী মথাদা লৈবা ঠিকাদার মখৈ শেল মাঙলরে।

৪২। উক্তা তুরগা রাইদা হৌগংলি।— (অমদা মাঙলগা অনরোমদা ফুক্লংলি)। উক্তা তুরগা রাইদা হৌগংলি

হায়রিবা ঠিকা তোৌবদা মাওখিবা মহাক্কী শেল পুন্নমক গঞ্জা ললোনবদা ফুকৎলে।

৪৩। উথুল অহোবদা পাওমেনবা। (হায়বা ইন্দবা) ঐনা চথোক্লমদাইদা ইচাদা থবক ময়াম অমা তৌরম্মু হায়রিনা হঞ্জিন হঞ্জিন শিন্নরমই অদুগা হল্লকপদদি অমতম্মু তৌরমহে। ঐনা হায়রম্বা পুন্নমক উথুল অহোবদা পাওমেনবা ভারে।

৪৪। উনা উনা থিনেৎপা।—(শোয়রগনি খওন খওন শোয়বা)। শন গাড়ী থৌবা মুপা অদুনা থোং অদু গারী লানবা যাত্রে হায়বা খওনা খওমা থৌজিল্লুবদগী গারীম্মু শনস্মু তুরেন্দা তাগ্রে। উন উন থি নেৎপা হায়বদুনি।

৪৫। উনৌনা উরি (উ অরিবা) পুল্লি।— নহ'না অহনবু লাকই)। উনৌনা উরি পুল্লি হায়বদুনা হৌজিক মতম অসিদি অহন মরা লৌদরে নহানা পাল্লে।

৪৬। উরোক্লা লাইনিং কল্লগা উচুক ওল্লি।—(নিংববু নিংলবদি থোক্লবা অমা লাকই)। নংনা তোগে হায়না নিংলিবা অদু পাংথোক্লবা হোৎনবদা নিংহন্নগনু। উরোক্লা লাইনিং কল্লগা ডচুক ওল্লি হায়রিনা নিংববু কল্লবদি থোকল্লবা অমা লাকনি।

৪৭। উ বাগী মথা থাবতবু পৎপান তাইবং মীগী মথা থাবদি পত্তে।—(মীগী মথা পোল্লবস্ম মতম থর' অৱাবা থাওলগা মমৈদা নিংতম্বা ফংলকই)। ইংবম্বা, ননেম ফত্তবী অদুনা ভাংবদু থুম্মুম্মু। উ বাগী মথা থাবতবু পৎপনি তাইবং

মীগী মখা থাবদি পৎপা হৌনদে, মতম থর লৈরগ মরাইনা শিজখ্রগনি।

৪৮। ওক্না নিল্লগা হুইনা মনা থাই।—( অমনা শুরগা অতোপ্পা অমনা মহৈ ফংবা )। যুবরাজনা কৈ তানবা চংপদা কৈদি মনাই মরাম চংহুনা ফারে অহুগা মনাদি যুবরাজনা ফাবনি হায়ত্নুন যুবরাজদা পীখ্রে। ওক্না নিল্লগা হুইনা মনা থাবা তারে।

৪৯। ওকচিন্দা পান থাবা।—( অমাঙ অতা থোকফমদা পোৎ থাবা)। লম্বী মনাক্তা ঐনা মোরোক ফৈদোম অমা থাবহু অচৎ অওক্না হেকপদা অম্না ফাওবা চাহৌখ্রে। ওকচিন্দা পান থাবা তারে।

৫০। ককচেং মহুমবু নোংদোন চফুনি হায়না য়েৎপা। ( কংয়েৎ য়েৎপা )। খোঙ্গাও শেংপী মশম ককপী লৈশাবী অমা ঐখোয়গী খাইদা হেক হেক লাকপহু মী পুম্নমক্না লৈশাবীনি হায়রফাওবদা মতোমতনা ম্নপা মচানি হায়হুনা কংয়েৎ য়েতুনা লৈরে। ককচেং মহুম্বু নোংদোন চফুনি হায়হুনা য়েৎপা তারে।

৫১। কল্লক মমাং চাং তাবা।—( য়াম্ন লেমজনিংবা মতাংদা ইকাইবা নংবা )। অঙাং অমা একাগারীনা থেংলুবগীদমক পাখং অমা মানা কোয়জবী লৈশাবী অহুগী মমাংদা মী থরনা শাথিন ফুখিরে। পাখং অহু কল্লক মমাং চাং তারে।

৫২। কলাপ্পা হাকজরগা লুপমদা হোংপা। - (ইকাইবদগী নত্রগা পাখংপদগী তৌফম থভদবা)। মীয়াম মমাংদা থোক্লুনা রা শাংবা মতমদা মীয়ামগী গুন্না হেনখিবনা কলাপ্পা হাকজরগা লুখমদা হোংলি হায়ত্নুনা হায়গদবা রানা হায়হৌত্রে হায়রোইদবা রানা হায়দোকখি।

৫৩। কলিদা খুদৈ কংদে।—( য়াম্না থুনা চরু ই। হৌজিক মতমসি মী নোক্রুগন্নু। কলিদা খুদৈ কংদে ( কংবা নংদে ) হায়ত্নুনা য়াম্না থুনা নঙোন্দা চুরুংলক্কনি।

৫৪। কহামাং খুজাই কায়।— ( অরেম্বা তাবা, কায়বা ফংদবা )। ভোত্রা কেন্দদেৎ অনি লম্বা তৌনবদা অমগী মী অমুক ওই, অমগী মী অমুক ওই তৌগন্নু। অমনম্ন থাজদ অমনম্নু থাজদ অরেম্বদা কহামাং খুদাই কায় তাত্নুনা তোক্কনি।

৫৫। কাল্লে ফুরে কাল্লে ফুরে। — ( নাম্বোাঙ্গিংভাই লৈত্রবা খুদোংথিবা )। নংগী নয়ানগীদমক হায়জরবস্নু হায়জরবম্নু শোয়দনা দন্দি লংলগনি। কাল্লে ফুরে কাল্লে ফুরে।

৫৬। কিরবদি চংলুম্নু চংলবদি হুনগন্নু। - ( ভবলায় হায়না থনবা থবক তৌরগ, তৌরবদি চন্নবা হোংলগদবনি )। চীঙ কাবা য়াওগনি হায়রেনা কাংলুবগা রারে হায়ত্নুনা লমখাদগী হন্নকখদি ইকাইত্রা? কারবদি চীংদান ফাওবা কাগদবনি। কিরবদি চংলুম্ন চংলবদি হুনগন্নু।

৫৭। কেজনিংবগা রাওজংগা রাওজবনা হেল্লি।—(য়াম্না বেররংসু ইফ ফজরবা)। নওকশমদগী মুরা অহুদি নম্বো-ক্কে, নমায়দা পাওদরতা পংতৈদা তৈশিল্লি। কেজনিংবগা রাওজংবগা রাওজবনা হেল্লি হায়ছুনা নংনা ফনা কেছুনসু ইফ ফজররোই।

৫৮। কৈ কিহুনা চেল্লগা শঙম ওক্লে।—(খুদোংখিবা অমা নাম্বাক্লবা থৈবদা অতোপ্পা খুদোংথিবা অমা থেংনবা)। ঙসি য়াংহৌ থেঙধগী বাজীনা ভাংলগনি হায়ছুনা মমাংথোঙলোমদা পোক্লনা মনিংথোঙলোমদা থোরকপদা ইম্না থেংনহুনা য়ায়া চৈ:ারে। কৈ কিহুনা চেল্লগা শঙম ওক্লে হায়বহু ভারে।

৫৯। কৈগী মপান নাগানা ভাং নাপীগী মপান কৈনা ভাং। -(থঙম অঙবা অগগা অথগা মতেং পাংনবা)। মী খুদিংমক অমনা অমগী মতেং পাংহুনা হিংমিন্নগদবনি। নপাঙ্গল কনবা নংনা মঙোন্দা পাঙ্গলগী মতেং পীয়ু অহুগা লাইরিক হৈবা অশোনবা মানা নংগী নচা মযাম লাইরিক ত কপিসন্নু। কৈগী মপান নাগীনা ভাং নাপীগী মপান কৈনা ভাং হায়বহুনি।

৬০। কৈনা তোকপা পোক্লে।—(মচাদি মমা মপাগী শকওং শাদা, লমচং শাজং লৌই)। শন হুরানবা তোম্বীগী মচা মুপা অহু অফাওবা ফুরিংখাও চপ্পা অমনি। কৈনা তোকপা পোক্লে হায়হুনা মপা হুরানবগী মচা হুরাল্লি।

৬১। কৈনা ময়েক মাঙব্‌া? —( মশাগী মগুন মাঙদবা )। মথোয়না নংবু ফনা হুন্দুনা ভাংলবস্তু কৈনা ময়েক মাঙব্রা হায়হুনা নংগী নগুন করিস্তু মাঙলোয়।

৬২। কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা চাওরগা চাগে হায়।—( তৌবিমল খঙদবা মীগী ফনবা তৌবা )। ইচা লৈজদহুনা ইনাও মুপানা পোকপা অঙাং অমা ঐনা য়োক্লুনা লাইরিক লাইও তমহল্লে, ময়ুম মকৈ পানবীরে, তলপ চাবা থবক অমা তৌহল্লে অদুগা হৌজিক্তি কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা চাওরগা চাগে হায় হায়হুনা ঐ ইতোমতা শিজহৌরো হায়হুনা তোঙান চাগ্রে।

৬৩। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই।—( অ'কিবা মফমদা খুদোংথিবা থোকপা )। নোংমা মুমিদাংদা ময়াম্মা ভুৎ থোকই হায়হুনা য়াম্না কিনবা চীংলক অমা ইতোমতা একাগায়ী তোংলগা ফাওহুনা লাক্লম্মী। লাইবক থিবদগী কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হায়হুনা ঐগী গায়ীগী ফোর তেক্লুনা কিনা কিনা মফম অদু থোঙনা লাম্মোক্লুনা লাক্লমই।

৬৪। কৈস্তু কি মথিস্তু কি।—( অমা তৌ ঙমদবা, অমা তৌ হায়বস্তু ঙমদবা )। ঐখোয় অনি হৌজিক মুংদাং চানবা চেং লৈতরে। নং মুম শঙহৌগেরা নত্রগা কৈথেলদগী চেং য়াল্লগেরা? কৈস্তু কি মথিস্তু কি হায়হুনা য়ুমদা নতোমতা লৈহৌবস্তু কি, কৈথেল চৎপস্তু কি হায়বা তারবদি ঐখোয় অনি চয়া হেনবা তারে।

৬৫। কোন্নুংগী নিংথেমন্নুবী কৈনা চাদে।— (খুদোংথিবা য়াবা মকমদা চংলুপ্রবদি খুদোংথিবা নংদে)। মোং কম্না তাবদগী ফত্রবা চীং লম্বী অহুদা উ চিংথোকপা চৎকনি হায়রিবহ্ চৎথিগন্নু, খুদোংথিবা থোকপা য়াই। কোন্নুংগী নিংথেমন্নুবী কৈনা চাদে, চীংদা শীঙ চনবদি কৈনা চায় হায়বা লৈ।

৬৬। কোরৌ মানা রাংবা পন্থৌ ইপানা মরাংই, মালেম লৈনা (লৈমনা) লুম্বা পলেম ইমানা মরুমই।— (তাইবংপান অসিদা ইমা ইপানা খ্বাইদগী অথোইবনি)। মুপীদি মমরক থিবা য়াই। ইমা ইপাদি মৈরা চমহুনা থিবদা অতোপ্পা ইমা ইপা অমুক থিবা ফংলোই। কোরৌ মানা রাংব্রা পন্থৌ ইপানা মরাংই মালেম লৈনা লুম্বা পলেম ইমানা মরুমই হায়বা লৈবনি।

৬৭। ক্বা মতপ অমনা চিন পৈ।— (য়াম্না পীজবসু খজিক্তং থম্মোই শেংনা পীবনা পেনবা হেল্লি)। য়াম্না পীজবা ঙাক্তনা হাওবা নত্তে, ক্বা মতপ অমনা চিন পৈ হায়হুনা থম্মোই শেংনা খজিক্তং পীজবনা হাওবা হেল্লি।

৬৮। খৎমন্দুনা জগোয় য়াওহন্দে।— (খৎপদগী অকায়বা থোরকপা য়াই হায়হুনা ১য়াম ভিন্নবা য়াওহন্দবা) মাগী মচা অহ্ চোইত্রি চোইখৎ ওইনা তৌই। খৎমন্দুনা জগোয় য়াওহন্দে হায়হুনা শোয়বা য়াদবা অরুবা খবক থোরকপদা ওৱানা মাবুদি য়াওহন্দে।

৬৯। থন্নরিবৈঙেদা থানানা ফায়।— ( থন্নরিবৈঙেদা থবক লোইশিনবা নংহোদবা )। ফি শাবীশিংগী মরুপ অমা লিংগ'ন হায়রূনা মুপী মরাম মিটিং তোরম্মী। কৈ ফাও, য়াই য়াদে হায়রূনা অমনা অমুক য়েৎ অমনা অমুক য়েৎ তোরিঙৈ থন্নরিবৈঙেদা থানানা ফায় হায়রূনা মতম থেংজিল্লকুনা অমা চংখি, অমা চংখি তোরূনা বারেপ লৌবা ঙমদনা লোইশিল্লে।

৭০। থল্ল থল্ল কোইজোম্বা ওক্লে।— ( অফ ফত্তু য়াম্না থনমল্লবসু মমৈদা ফত্তবা ঙাক্তা থেংনৈ )। মুপী অমি মতম অমদি ফর ফরবা পাথং কয়া কোয়রবনি। অফবা থল্লিবৈঙেদা চহি কুম্ঠানিপাল শুজিল্লকুনা থল্ল থল্ল কোইজোম্বা ওক্লে হায়রূনা হৌজিক্তি মুপী লৈবা মুপা অমগী অতোনবী ওইরূনা লৈরে।

৭১। থাঙবা কল্লগা ফমেন ফমই।— ( অৱাবা কয়া থাঙলগা মমৈদা অরামম ফংই )। অৱা অনা থাঙরূনা থবক পাংথোক্লবা হোৎনরবতদা মমৈদা মহৈ ফংগদবনি। হোৎনো, থাঙবা কল্লগা ফমেন ফমই হায়বা লৈ।

৭২। থাঙঙবু লম মাপল্ল শাংবা মচিন মৈ মুবত্না ঙাইরি। ( তোগদবা থবক মরাম অমা হৌবদা ঙাইরি )। অহন্দি ওইশিল্লক্লে, থবক শুবা ঙম্লক্তে। থাঙঙবু লম মাপল্ল শাংবা মচিন মৈ মুবদা ঙাইরি হায়রূনা ইচা তরুক অসি শেম্বা হৌবদা ঙাইরি।

৭৩। খুজিন্দা ভুম চঙবা কাংখদা লিন চঙবা।-(পুক্লিং লৈতাদবা) য়েক্লবনা ইচাকু ফুগদগী অচেংবা তাঙা ওাইহনা লৈরি। মসিনা খুজিন্দা ভুম চঙবগুম কাংখদা লিল চঙবগুম য়াখল অসি লৈতাদরে।

৭৪। খুং চুম্বা অমনা কাপ্লগা ময়াম চামিরৈ।-(অমমা হোংনরগা ময়ামন্তু কাম্লবা কংই) খুং চুম্বা অমনা কাপ্লগা ময়াম চামিরৈ হায়রুনা চীংদগি কনাগুম্বা অমনা প। কাপ্প রবদি লৈকাই পুম্নমক য়েন্নুনা চামিরৈ।

৭৫। খুং ফত্তবদা সেনাপতি ওইবা।—( মীচং ফত্তবগী লুচিংবা ওইবা ) নংগী নচ মুপা অত্তুনা ভোং লেপকনি হায়রুনা ভোরিবা অসি মাগীদমক শেল পুথোকপিনবা মীম্নু লৈতে, মীচং খোম্বীনবা মীম্ন লৈতে, খুং ফত্তবদা সেনাপতি ওইবা তাগনি. থামহোবনা ফগনি।

৭৬। খুত্তা পায়বা ইতাওগী, য়াদা হুকপা ইচাগী কুংলাওবনা ঐগী।—( চাহৌবনা শোয়দবনি ) চাক এঙ্গাং অসি য়ামদে, মী ময়াম অমা চংশিল্লক্রবদি চাবা কংহৌরয়োই। খুত্তা পায়বা ইতাওগী য়াদা হুকপা ইচাগী কুং লাওবনা ঐগী হায়রুনা থুনা ঐখোয় থর চাহৌরসি।

৭৭। খুন্নু মখোঙবা শম লৌবা। -(খুরৌ থাংবা) ইমাগী অনাবসি ফত্তবসিনা ঐ থবক অমত্তা চথোক চংশিন ভোবা য়াদরে। মসিনা খুন্নু মখোঙদা শম লৌবগুম লোহুনা লৈরে।

৭৮। খুন্নুনা মখোঙদা কল্ল।—( মশাগী খুদোংচাগ দবা

মকমদা থৌনা ফবা ) মপান থোকপগা য়া ফাওবা ভাংবা ভমদবা চাওত্তানসি ওসিদি খুমুনা মথোত্তদা কল্লি হায়ছুনা মমুম মনাঙ্কা মাগী মী থম লৈবা অসিদা মরিল য়ামা ফরে।

৭৯। খুবাক ময়াইদা শগুন তৌবা।-( অভানবা ইকোক কোকপদা পোৎ মাঙবা ) লুপা চনিথক ফুরিংখাওদা হাপ্লগা কক মথক্তা থনমনি। ঐনা ইমুংদা চংলুরগা থোরকপদা লৈরমদ্রে, খুবাক ময়াইদা শগুন তৌখরেদনা।

৮০। খুবাক নামত্তা খুবা হোদে।—( লম্বা অনি থেং-নরগতা কনানা ভম্বগে থঙগদবনি ) নংগা মাগা মুক্কা শাম্নবদা কনানা থাগদগে হায়বা অহুদি নখোয় অনি কোম্নরগতা থঙগদবনি। খুবাক নামত্তা খুবা হোদে হায়ছুনা নংনা মাবু থাগনি হায়বা অহুনদি নংনা থারে হায়না লৌবা য়াদে।

৮১। খুরক্কী ঈনা লাই শাবা।—(মমুংগী ওইবা থাজবা মীনা মাঙনবা তৌবা ) ঐগী ইনাও মুপানা পোকপা অভাংশিংনা কাওবা ঐগী মাইরোক্তা ভোৎ থোম্লগ্লে। খুরক্কী ঈনা লাই শারম্লে।

৮২। থোই মহুমদা চৈনা থিনবা।— (শাওহুনবা) ঐখু হুজিন হুজিন ইকাইবা পীহুনা থোই মহুমদা চৈনা থিল্লগ.মু।

৮৩। থোইরুদমক নাল্লি কাংদি কাপ্তে।--।ধুম্মোক্তা মত্তোই থবক্তি পায়থত্তে ) তোম্বা নংনা তৌরিবসিবু করম তৌরিবনো থোইরুদমক নাল্লি কাংদি সুকাপ কাপ্তে, নোংভানবদগী কি নাম্না শেত্তনা কোইবনি হায়ছুনা পংচত্তা চংলি মুপীদি থক পুশিল্লক্তে।

৮৪। থোংনগা থঙপনি।— (পোংকী মগুন চাং

য়েংলগা থগই। নং নত্তোমতা নংগী গাড়ি অসি, পংথাদা থাগৎলি কৈ কত্তে হায়বহুদি খোংলগা থগগনি। থৌহুনা য়েংলগা কত্রা কত্ত্রা থগগদবনি।

৮৫। খোও চোৎলগা চিন চোৎলি।—(কন্না ভুরগা হাওনা চার) ওা চানিংলবদি ঈশিংদা কুমথরগা ওা কাক্কনজায়ী নত্রগা থবক শুহুনা শেল তান্নগা লৈবা তাই। খোও চোৎলগা চিন চোৎপনি।

৮৬। খোঙ্যাই শংলিউদা শম্না রাই।—(লোংঙম-লাঙমদা তৌরিবৈদা থবক নংদবা) লাই খুরম্বা চৎকদবা কৈরবদি গাড়ি ওাইহুনা লৈরে। খোঙ্যাই শংজিউদা শম্না রাই হায়রহুনা চংকুথ চংঙায়দোগুম তৌরিবৈদা গাড়ী থৌখিবনা হান্দুনা তোকনি।

৮৭। খোংদনা চিকপা হুই।—(মপান্দা ফোংদোক্কনা মন্নুংদা মরো তৌবা) বীরেন হায়বহু খোংদনা চিকপা হুইনি। রাগি কয়া ওাংদে অহুগা মবুক কত্তনা লুবা য়ৌনি।

৮৮। খোওহৌ হানবা লমজেন থোই।—(থবক তৌবা হানবনা থুদোংচাবা ফংই) খোওহৌ হানবা লমজেন থোই। হায়হুনা ওত্তানা লিংহৌবা লৌনা অতৈদগী ফৌথোক হেল্লি।

৮৯। ওক য়োল্লগা সেনাপতি ফংই।—(শিবা কিদনা থবক তৌরগা থবকী মহৈ ফংই) থবক তৌবদা শিবা নাবা কিদনা থবাই খুবাক্তা হাপ্তনা তৌরবতদা মায় পাকদবনি। ওক য়োল্লগা সেনাপতি ফংবনি।

৯০। ঙানপ্পা ঈশিংদা মথি কায়বা উবা।- (য়াম্না শিংবা মী) নংনা ওইদবা ময়াম পঙেং লেংহনা ঙাংলিবা অমদি নংনা চৎলিবা লিচং শাজং পুম্নমক ঐ লোইনা থগই। ঐদি ঙানপ্পা ঈশিংদা মথি কায়বা উবা মীনী।

৯১। ঙানা বা ঙাংগে তৌবদা ঈশিংনা পন্নি (কোংদোকপা য়াদথা য়ম্নম লৈবদগী বা হায়দাক্তবা) ইমৌ অসিগী লমচং শাজং অসিদা ঐ বা য়াম্না ঙাংনিংলবনি অদুবু ঙানা বা ঙাংগে তৌবদা ঈশিংনা পন্নি হায়রুনা ইচা মুপাগী ইজং মাঙত্রগনি থনবদা ঐ বা ঙাংজত্রবনি।

৯২। ঙাপ্রুম মমৈ থুজিন্না শিকপা।-( পাঙল থোক্তবা ) মহাকী অনাবন্থ হৌরকপদা লাইয়েংহৌরবদি কপদবনি। হৌজিক আশা লৈত্রবা মতম অসিদা মাইবা মাইবী মযাম কৌহনা লাই-য়েংবদি করিগ কাম্নরয়োই, ঙাপ্রুম মমৈ থুজিন্না শিকপা তাগনি।

৯৩। ঙাখানা ঙারেল হৌবা ( পোংকী মগুন হন্থবা ) মীদি পোলাং শাই, মাসু শাবা হৈ হায়রুনা পন্না অথাম্বা থর পুরক্ক-পা কন্না শান্নি। মওং তায়োইদবা জাংনি, ঙাখানা ঙারেল হৌবা তাগনি।

৯৪। চক্ক উয়ানসু নোংমতসু কেনৈ।—( লৈমিন্নবদি নোংমতসু থংনৈ নত্রগা ওইননৈ ) মখোয় মতৌ মনাওন্থ য়াম্না চুংদি-ননা লৈমিন্নবনি অদুবু চক্ক উয়ানসু নোংমতসু কেনৈ হায়রুনা ওরাং-দি মখোয় অনি শাওনহনা অমগা মমগা কৌনদরে।

৯৫। চক্ক কাররগা তুই ( মত্রগা কাক ) হরাওই।

( অতোপ্পা মীগী অমাঙ অতা থোকপদা খুদোংচাবা লৌবা ) কোপ্পা পুবা গারী অমা ঙম্বাং শোয়োক নালাদা শুরুং চৎপদা কোপ্পা মযামছু হৈদোকতুনা পুমচাই চাইরম্মী। চফু কাযরগা ছুই হয়াওই হাবছুনা মী পুম্নমক চংশিন্দুনা পাংখুন্দা খুম্নে।

৯৬। চরাংনা তা মতোন্দা তোংবা উরগা কাপ্পা মথি চিংলি।—( অমনা ইরাই লাইনা ঔবা থরক অদু অতোপ্পা অমদদি যাম্না লুনা থোকপা যাই ) চরাংনা তা মতোন্দা তোংবা উরগা কাপ্পা মথি চিংলি হায়ছুনা সর্কাস তৌবা মুপী অদুনা অরাংবা থৌরি হাইবদা থৌরি অমদগী থৌরি অমদা মথুৎ থাদোকতুনা চোংবা উবদা থেংজিনবা মুপী থরদি কিমনথিছুনা মখিৎ চাইশিল্লম্মি।

৯৭। চনিং য়েংদনা চথোঙ তানরা।—( ভুংগী মাথক তৌদনা চাদিং তৌবা ) হয়েং করি চাবা হংচিং করি চাবা হায়বগী খন্দনা অরৈবা মথে লোইনা চাথোকপা হৌনদে। চনিং য়েংদনা চথোঙ তানগদ্রু।

৯৮। চরু মৈনা য়াওবনে, পুত্র ইচানা কপ্পনে শগোল হরাই উতিনা পাথবনে থঙ্গাল ইমাদি চমঙ্গরে।—( তৌপদবা থবক মযাম অদা। মতম অমতদা থোকপদা তৌকম থঙদবা ) চাক চাবম্ন হৌরুরে, ইংখোলদা শম্না পোং-চৈ চারে হায়ছুনা লাওরক্রে, অঙাং মচা পীশক অছু পুম্নিদা কুমখিদোরেম্ন হায়রে, তৌকম থঙদরে। চরু মৈনা য়াওবনে, পুত্র ইচানা কপ্পনে শগোল হরাই উতিনা পাথবদে থঙ্গাল ইমাদি চময়ুরে হায়বছু তারে।

৯৯। চাক চক্লুং অমনা চেংকোক অমগী চাক মাংই । ( কত্তবা অমনা অকবা মরাম চেন্থহল্লি ) চাক চক্লুং অমনা চেংকোক অমগী চাক মাংই হায়রুনা মহাক অমা কত্তবদগী মরামস্তু লোইনা চেন্থরে।

১০০। চাগনবা য়াঙ্গংবা শুগনবা লায়রবা।—( থবক য়াম্না তৌরবস্তু কাম্নবদি ইকং ফংদবা ) ঐনা কনা কম্না পোত্থাদনা শুদ্রুনস্তু লেংপা চাবা কোয়দরে। শুগনবা লায়রবা চাগনবা য়াঙ্গংবা হায়বস্থু ঐ ওইরে।

১০১। চাদশিন্না চথোমজাও উদশিন্না মিংলাওবী মাই মাই হায়রুনা লাইমাও য়ৌই —। ( পান্না পান্না পামদবা শাবা ) চাদশিন্না চথোমজাও উদশিন্না মিংলাওবী ইবেন্মা য়াথে ; নচীন্দদি মাই পামজদে অমুবা জাংসি হায় অত্থগা বাঁশি থোংবা তারবদি মাই মাই হায়রুনা লাইমাও য়ৌই হায়বগুম থোঙ্গালদা চেন্থোক্লুনা হেক্তা য়েংই।

১০২। চানিংই হায়রুনা খুং অনি থাদুনা হুকপা য়াদে।—( পামই হায়রুনা অমুক্তদা খুংচাও থাবা য়াদে ) চানিংই হায়রুনা খুং অনি থাদুনা হুকপা য়াদবগুম মী অনিনা পুবা শুমদবা পোং অদু অমুক্তদা লোইশিন্নগে হায়রুনা পুরবদি নশ্বাং তেক্লুনা তোকনি।

১০৩। চানিংমল্লবস্তু লেক্লুনা তোকই।—( হেক্তিন্না পান্মল্লবস্তু অমক্তা কাওবা ফংদে ) শেন্দোং য়াম্না কংই— হান্নহনস্তু গঙ্গা লম্লোনবগী থবক অদুদি তৌগনু চানিংমল্লবস্তু লেক্লুনা তোকই

হায়হুনা লাইবক থীবদগী থানানা ফারবদি গঙ্গাস্থ মাগুলে নশাস্থ জেলদা চগুলে।

১০৪। চানিংবা এগ্লাং হাওই মুংশি শক কজে।—(থরায়না পামজবা পোং কৈ) লৈশাবীহু মশক মতৌ য়াম্না কজবমু মত্তে অহুবু ইচা মুপা অহু মহাক নত্রবদি অতৈ য়েংউ হায়বা য়াদ-রে। চানিংবা এগ্লাং হাওই মুংশি শক কক্তে হায়বহু তাম্রে।

১০৫। চামিন্নবা হাওই পুমিন্নবা য়াংই।—( পুন্না থবক তৌমিন্নবদগী কান্নবা কংই ) মী অমথক্তনা তৌবা গুমদবা থবক অহু ময়াম চংহুনা তৌমিন্নরবদি ইরায় লায়না তৌখা গুমই। মতোমতা মাইতোন তানিংগন্থ, চামিন্নবা হাওবনি পুমিন্নবা য়াংবনি।

১০৬। চারোই খগুনা বার্তোন তৌবা।—(লৌয়োই খগুনা পীব) ঐ মৈথু থক্তে হায়বা খগুমা খগুনা নংনা ঐগোম্দা চুরুপ লানশিল্লকইবা অসি চারোই খগুনা বার্তোন তৌবনি।

১০৭। চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং।—( নিংজিং মাং-জিংনবা) ঐগী মুপা অসিগী শাক্কংসি থল্লুবগদি ঐ ইপামদা লৈরুবগে খল্লি অহুবু চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং হায়হুনা ইচাগী থল্লুবদা খোগু থাংদোকপা গুমদরে।

১০৮। চৌন পুথরগা শেল্লা মেল্লি। —( হায়নখিবা রাকম শোয়রগা শেল্লা মেনখংলি ) ঐগী পারী অসি নংনা শোয়দনা লৈগে হায়রবদি হয়েং কগুবদা শেল থিগদবনি অহুগা হাল্লা এডভান্স লুপা ১০০ পীরমগদবনি। করিগুম্বা হায়নখিবা মতমদা শেল গুনা থিত্রবদি চৌন পুথরগা শেলনা মেল্লি হায়হুনা এডভান্স মাগুগদবনি।

১০৯। চীনবান্দা লাংবনগী খোইহি তৈবা।-( ঝাঙাংদমক কজবা ) মচীনদি ঐবু মুংশি হায় অহুগা তৌথোরকপনা ঐগী মা-ইরোক্তা হেক হেক তৌই। অহুনা নংগী চীনবান্দা লাংবনগী খোইহি তৈবগী য়াহে অহু তাজনিংগে।

১১০। চুম্না চৎপা য়ুময়াং কায়।—( অচুম্বা ওাইহাক্তা চৎলবসু অকায়বা লাকই ) অচুম্বা ওাংজিবনি হায়না নংগী য়াহৈদগী মী শিবা য়াবা য়াদি কৈদৌরুংদা ওাংলোরদবনী। চুম্না চৎপা য়ুময়াং কায় হায়বা নৈ।

১১১। চুরাহাবনা মচা হাংলি।—( অত্তোপ্পা উপাক লৈ-তবদগী মশাগী মূল থমজবা পোত্তা তাইনবা ) উত্তবা মুপা অমনা লুহোংবগী উপু চল্লমী। লুহোংবা মুমিং কাওবা চনবা লোইরক্লুনা চুরাহাবনা মচা হাংলি হায়দুনা মচা মুপীগীদমক চনবা উপু অহনবদু পীবা তারম্মী।

১১২। চুহি চফুদা থুং লুপ্প রবদি থরতসু পকহৌই। ( থুদোংচাবা লৌবা য়াবা মকমদা থবক তৌরবদি কায়বা থরতসু কংই ) কোল্লা ললোনবা মুপা অমনা চৌংথুংদগী কোল্লা গারী অমা চিংথোরকই। ড্রাইভর অদুগা হেন্দলমেন অদুগুদি চুহি চফুদা থুং লুপ্প রবদি থরতসু পকলকই হায়দুনা হেক ওবা মথৈ চারে।

১১৩। চেকশিল্লগা চেক্কী য়ুম শাই কাদোরগনা কারা শাই।—( চেকশিল্লগা কায়বা কংই, চেকশিল্লগা অমাক্তা ওই ) পূজিগী খোঙথাং খোঙথাং থুজিংদা কাল্লা চেকশিনবা দরকার ওই। থজিত্তুং শোয়থিবা লৈখা তাথিবা য়াই। চেকশিল্লগা চেক্কী য়ুম

শাই, কাদোরুগা ফারা শাবনি, চেকশিনু।

১১৪। চেঙ পূর চেঙ শিং ফৌ পূর ফৌ শিং।—(খুন্নং লমন) নঙনা নপাবু থিনা তৌরবদি নঙগী নচানসু নঙবু থিনা তৌগনি। চেঙ পূর চেঙ শিং ফৌ পূর ফৌ শিং লাইগী হায়েন্নি।

১১৫। চেগ্গপ লৈনা খুৎনা মৈ লৌত্রা ? —(তৌগদবা মী লৈনা লৈনা মহুত্তা থবক তৌবা হৌনদে) চাক থোংবীনবা নঙ লৈনা লৈনা করিগী ঐনা চাক থোংগনি। চেগ্গপ লৈনা খুৎনা মৈ লৌত্রা ?

১১৬। চৈরমদা থোংখোঙ শাবা।—(ফুকমদা লৈবা) অঙাং নঙনা তৌরিবসি অমদা থর য়ৈথায়রম অমদা থর থিমগা-ইরম ফুনিংঙাই ওইবা থবক ঙাক্তা তৌই, চৈরমদা থোংখোঙ শাগন্নু।

১১৭। তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফাই।—(অয়াংবা পোৎ ময়াম অমা পুনশিল্লগা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইরকই) অঙাং ময়াম অসিগী চে কলম লৈনবা পৈশা, থাগী ফী; গারী ভা-রানচিংবা ময়াম অসি পুনশিল্লগা তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফাই ছায়ত্নুনা ঐঙোন্দদি থা খুদিংগী অচৌবা শেনফম অমা থরচ তৌবা ভাই।

১১৮। তাথ্রবা ঙা চাওই।—(ফংহৌত্রবা পোৎশা কবোট নিংই) মচা মুপানা থাইনথ্রবা অহানবগী মমৌ অত্তুতা কৈ হায়ত্নুনা পংথাদা থাগংলি। তাথ্রবা ঙা চাওই হ য়বত্নুনি।

১১৯। তান চারগা কোল্লা চায়, খুত্তা চাড্রগা খুবাক চায়।- (তান চারবগা কারবা ফংই, নাত্তে চাত্রগা খুদোং থিবা নংই) ঙরাংদি চত্রখোয়রোমদা চত্র ঊনগে হায়রক্লা অন্সুম চংশিবদা নরান খুরুম্বা হায়রক্লা ঐসু কোলা চাখিসি হায়রক্লা চাবা য়াওরে। তান চারগা কোলা চায় হায়রক্লিনি। অদুগা খুত্তা চাত্রগা খুবাক চায় হায়রক্লা হন্দোরকপদা তাদ চাওভদগী তাতা গংম্বী অদু কাংখোংদা তারে ইনথংপা থর কাওবীয়ু হায়রক্লা য়ুংদাং পুং ১০ কাওবা য়াওংমদা কয়া য়ারে।

১২০। তানা থারবা শা লেঙবা হৌনদে।—(খুং চল্লবা পোং নাহোকপা হৌনদে) মশানা য়ানা চেল্লকইবা য়ুপী অদু কন্নিগীনো অমদা অমুক থাং অমদা অমুক থাং হৌদোং মচা চেনবদৌনা চেল্লিবদু, তানা থারবা শাবু লেঙবা হৌনব্রা ?

১২১। ত্তিংথং অমা য়ুবরদি ত্তিংথং অমনা হল্লি।—(কত্তবদি কত্তবনা নমহংলি) গুন্দা রাক্লের' ফুবদা মী পুন্নমক মপান থোকপা ঙম্রদরে। অদুবু ত্তিংথং অমা য়ুবরদি ত্তিংথং অমনা হল্লি হায়রক্লা মওোন্দগী হেন্না ফাওবা গুন্দা অমনা মাস্নু ঙরাং থাঙনা য়াহন্রে।

১২২। তিলাইখোম্বীনা থম্না চাবগুম্বা।— (লেপ্পুনা চাবা) মহাক্কি কা য়াম্না চাগন্নি। কা তরামুক থারগা মত্তোমত্তা কয়গা চারদা তিলাইখোম্বীনা থম্না চাবগুম লেপ্পুনা শাঈক্লা ওাই-হাক্তদা চাখোকখি।

১২৩। তুমাই শওবাই অমা চারিতৈরা য়চাদি হিক্কু থুবগুম পোকই।—(নাওয়োল খুনা অঙাং পোকপা) তোমগা তোম্বীগা মতে মনাওসি হাইগংপা য়াররোই, মচা ভয়াহ্ন হোৎনজা মকোক ঙাওরে। তুমাই শওবাই অমা চারিতৈদা য়চাদি হিক্কু থুবগুম পোকই।

১২৪। তুরেংগী কৌশিং হঙংনা তাওরে।- (ঈশিং ঈচেলগুম্না সুংশিবগী ঈচেলস্ব হঙংনা চেন্দে) তুরেলগী কৌশিং হঙংনা তাওদে হায়বগুম মমা মপানা মচা সুংশিবা অহক মচানা মমা মপাবু সুংশিদে।

১২৫। তুরেনগী লৈঙোইবুদি য়ুম্বান্নোম্না কুপই।— (য়ুম পানবগী থবক য়াম্না লুই অমসুং কুপই) চাওত্র খর ভরগা ফাজ চাদুনা পংলৈ লৈবনা য়ুম পানবা য়াবা নত্তে। রুদারস্রা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা কুপ্পা খন্নরগা থনক তৌবা তাই। তুরেনগী লৈঙোইবুদি য়ুবান্নোম্না কুপই হায়নরিবনি।

১২৬। তুরোম্নবুদি চারোম্ননা লুই। -(লুপী লোনবগী রাথোকপুদি মমা ভিন্নদবা অঙাংশিং য়োকপগী রাথোকা লুরা হেল্লি) ইচে, ঐদি রা কম্না ঙাংবা য়াস্তবনি। হান্না মমা অনিনা পোক্লগা অঙাংশিং অনিনা ঐগী অঙাংশিং অসিগা মরাম অমি ভরংদা খর হেন্না লুনা তৌরুবা য়াধা পোং নত্তে। রারো গুরুজ্রোইরা মরক অসিদা রা ঙাংবা রাব্দরে। তুরোম্নবুদি চারোম্ননা লুই হায়বত্থ চুমরেদা।

১২৭। থাগৎলগা তিকি পীরুবা।—(অপুত্রা কীবা)

নওনা অহু হায়য়ু অহু তৌরুচো হায়রগা হয়েং মীগী মমাঙদা চোপ· কদবা থবক অহুদি কৈ:দৌমুংদা তৌরোই। থাগৎলগা তিঁকি পীজবা য়াবা মীদি ঐ নত্তে।

১২৮। থাগৎলবদি লিল অশিবা পায়।– ( মীনা থাগৎ· লগা হয়াওবা, অরৈবা মরিল ফুদোকপা ) থাগৎলগা হয়াওদবা মী লৈত্তে ঐদি লিল য়াম্না কি। মীনা কম্না থাগৎলবদি ঐস্তু লিল অশিবা কাওবদি পায়বা ওম্মী।

১২৯। থাজবদা লাইম্লে।—( মশানা কৈ হায়না লেপ্পা অহুদগী নিংহন্নদবা ) তোম্বীগী মুপা অহু টিবীনা নায়ে হায়না ডাক্তয়না হায়রবনি। অহুবু মশানা লাইমুংশিংনি লাই খুরুম্নগা ফগমি হায়হুনা মাইবা কৌহুনা শেল য়াম্না চওনা লাই খুরুমহল্লি। মসি থাজবদা লাম্নৈ হায়বহুনি।

১৩০। থাম্লিওৈদা লাই ওই নকশিন্নগা মী ওই।– ( অথাম্লদা লৈবা পোৎনা ফবা হেল্লি হায়না থনবা) কছায়গী মাইবহু তাবদদি লাইগা মান্নৈ অহুগা থেৎনহুনা তাংনরগাদি থোক তৌবা মী ওইরম্লে। থাম্লিওৈদা লাই ওই নকশিন্নগা মী ওইয়ে।

১৩১। থিওেলদা তাইনবা ওমত্রগা নাচিখোংদা তাইনৈ।— ( মপুং ওইবদা তাইনবা ওমত্রগা মশা ওইবদা তাই· নবা ) মপানা তাংবদা য়াম্না শাওনিংলবস্তু তোলেম্না মপাগা মায়োং· রুহুনা থৎনবদি ওয়মদে। থিওেলদা তাইনবা ওমত্রগা নাচিথোংদা তাইনৈ হায়হুনা মরাল লৈজদবী মাগী মুপী অহুদা মুপী কণ্ডহুনা তৌগ্নিবনি হায়হুনা ফুরম্মী।

১৩২। থিকায়বনা ইকাইদ্রগা অউবনা ইকাই।— ( মী অমগীদমক অহোপ্পা মী অমনা ইকাইবা ) মৌ হন্নবী নওনা ফজরবনি হায়হনা নশম কব-থংলগা খুজিনগা চীনযানগা শগছনা চংলিবহ মী পুম্নমক্না নও উবদা মচিন খুম্নছনা নোক্লরে। থি কায়বনা ইকাইদ্রগা অউবনা ইকাই হায়হনা ঐনা নওগীদমক ইকাইং বিগ্নি।

১৩৩। থিরক্তা থাবল থোকপা।—( ফত্তবা মরক্তা লৈবদগী অকবগী গুন হম্বা ) হুরি শাম্নবদা ঐগী চে অহ অহানবা থুংবা অহদা হুরি অমা থুংই। অহদা ঐ হাইকেং হুংভাই। অয়োই-বর্দাদি চেশিং অহ অমগা অমগা শাজিম্নবা য়াবা অমতা য়াওদরে। হুরি অমথক য়াওবহদি থিরক্তা থাবল থোকপা তারে।

১৩৩। থোক্ল গোবিন্দ তার থবি।—( লাইনা তদ্বা লাকপা ভাইবা ) ইচা হুপা অসি মমুম পাম্নু হায়বা য়াদরে। মচা-মুপী পীগে হায়বা মী কয়া অমসু লাকই অহবু মশানা গুকয়া য়াগ্রে চহিদি অমুম য়ামশিল্লকই হায়কম তৌকম থওদরে। থোক্ল গোবিন্দ তার থবী হায়হনা লাইনা তদ্বা অমা লাকখিগনি।

১৩৫। থৌবান্দোং চক্ কায়নবা য়ৈবা নত্তে।— ( কনবা অমসুং মওং তানবা ক্বা ) অঙাংদি পুরুংদা হুংশিগদবনি পিল্লিভৈদা ক্-চৈহনা য়ারক য়াতেমছৌরগা তুংদা মতিক চাবা মী ওইরকদবনি। থৌবান্দোং চক্‌বু কায়নবা য়ৈরা, মওং তনবা য়ৈবনি।

১৩৬। দোলাই তোংবীগীদমক য়াইকুপ পুবীনা য়াই। ( অচৌ অশাং হুংভাই য়াইফবা মীগীদমক লা-য়বা মীনা য়াবীবা )

গৌরমনিনা ভোৎ লেপকনি হায়দুনা লৌ ঊখোল পুন্নমক লোইনা য়োহোক্লে। ভোৎ কাহৌত্রবদি মচা মশু মন্নামসি কনানা থাকলৌব্রি? লোলাই ভোৎবীগীদমক রাইকুপ পুবীনা রাই হায়দুনা ঐনা মাগী দমক রাবিরি।

১৩৭। নথী পোরো ননম পোরো।- (অরাবা পুন্নদক নশরুক ওইরো) ইচা মুপা অহন্দু য়াম্না রানা লাইরিক তমহন্দুনা সরকারগী থবক অমা ভোহল্লে। লুহোংবদস্নু শেল কয়া অমা চঞ্জ্রে। হৌজিক্তি নথী পোরো ননম পোরো হায়দুনা ইচাম্নুপা পিশক অসিগা ঐগা হন্দোক্লদগা তোঙান চাথোকখ্রে।

১৩৮। নহানা মাইবা শাবা মং থল্লি।— (নহানা থবক শিনবা শোরগল্লি) হৌজিক মতম অসিদি নহানা অহনগী মরা লৌত্রে মখোয়না হেন্না শিংহই হায়না থল্লি। মখোয়না শিনবনা কত্রা হায়বদি নহানা মাইবা শাবা মং থল্লি হায়দুনা অশোয়বা ভাক্তা ভাই।

১৩৯। মাচল মথীনা পাহোম্মী।— (করিগুম্বা কত্তবা থৌদোক অমা থোকপ্রবা মতুংদা মহুগী লৈহৌবা থবকী মহৈনা থৌদোক অহুবু নৌহোনা নিংশিংহনবা) ইবেম্মা। মুমলোম্নবগী শম্না নঙ্গী কৱাই চাখিবত্ত নহান্না য়ানহুন. ভোকখ্রংনি। চাখিবা হয়াই অহু ঘেংলপা মাচল মথীনা পাহোম্মী হায়দুনা হজিন হজিন পঙ্গাংদা ভাংলবদি অমুক থৎনয়ল্লগনি ভোক্লো।

১৪০। নামা হায়রিবৈঙদা য়াত্রগা পোৎমা (পাবোং) লোক্লগা য়াই।— (য়ামদ্রিবৈঙদা য়াত্রগা পোৎলুম কারগা ষাবা)

ইনাও মুপা অহু মীগী অতোনবা শেল অহু লৌ শঙম অমা য়োল্লগা শিংদোকখ্রো হায়বনি। পাম্মুই হায়ছুনা য়োলহোদবদগী নামা হায়রিঙৈদা য়াত্রগা পাবোৎ লোল্লগা য়াই হায়ছুনা হৌজিক্তি শেন্দোয়না অস্তুম য়ামথৎলক্লুনা লৌ শঙম অনী য়োনবদা কোল্লদরে।

১৪১। নিংথৌ মনাই চাওব্রা পীকপ্রা য়েংউ।—(মী অপীকপা মদুক লুবনি লায়রকম্ব) মী অপীকপা মবুক লুবনি, মরো লৈবনি লায়মা থল্লুম্ব। নিংথৌ মনাই চাওব্রা পীকপ্রা য়েংউ হায়নরিবনি।

১৪২। নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেৎলি।—(লৈবাক ঙাক্লিবা অঙম্বশিংনা লৈবাকী ঈ-পাও পুম্নমক লোইনা তাই) নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেৎলি হায়ছুনা লৈকাই অমদা থুংলাই পায়বা মহারোল লৈরে হায়বসি পুলিসকী মকোকথোংবা অফিসারশিংনা হেক্তা তাই।

১৪৩। নিংথৌদস্তু নোংমদি মৈতাল য়াংলি।—(অরাং অপা লৈতবা মীম্ব নোংমদি অরাংপা য়াওই) ঙমি মুংদাং অসিদি থুম লৈতরে, মুংদাং অসিদা থুম লৈবা চংপম্ব খুদোং চাদরে। ঙসিদি চম্ফং ওইনা চারশি। নিংথৌদস্তু নোংমদি মৈতাল য়াংলি হায়ছুনা তাঙ্গা চাদবা মুমিংম্ব য়রাওই।

১৪৪। মুঙ অনিগী মরক্তা হা ওইবা।—(মাকল নাকন্দা জিংথোকফম লৈতবদগী য়ানা খাঙবা) লিবায়না রহারোল

খুৎলাই পায়বশিংগী নৈকম তাকউ তাক্রুবদি ফুগনি হায়, মহারোম্না তাকথোক্লবদি কাপকনি হায়রি। ঐদি মুণ্ড অনিগী মরক্তা হা ওইরে।

১৪৫। মুণ্ডগা য়েরুমগা কাওনবা।—(লম্বা চাদবা অনি মুরুবা) ইনাক খুনবা চাওমুগা শিকি পায়দবা নণ্ডগা লম্বা তৌহনা কেশ তৌনবা হায়বসি মুণ্ডগা য়েরুমগা কাওনবা তাগনি।

১৪৬। মুংথিল তুম্বা পোক হৌদে।—(মুংথিল তুম্বা হকচাং কপ্তে, পোক হৌবা নংদনা শি) মুংথিলতুম্বা হকচাং কপ্তবনি। মুংথিল তুম্বা পোক হৌদে হায়বা লৈ।

১৪৭। মুণ্ডদা ঈশিং চাইবা।—(থবক তৌবদা কান্নবা কংদবা) মহাকী অনাবহ্ মতম হেল্লে। থারুবা হিদাক পুন্নমক মুণ্ডদা ঈশিং চাইবা তারে।

১৪৮। মুংশা থিবদগী মিকপ থোক্কে। (খুদাংথিবা থোকত্রা হায়না জ্ঞান তাদবা) মথং মুমিংকী পন্নিকাদা ঐনা য়ান্না হৈনরবা অহ থোকই। অমত্তা খণ্ডদহ্না কেন ওইগত্রা হায়না কিবদগী মুংশা থিবদগী মিকপ থোক্কে হায়রমুন। তাইহাক হিপথবদগী লোংঙানবা কাওবা মিকপ থোক্তনা তুক্লমী।

১৪৯। মুংশিং শিত্তনা উনা লেওদে।—থৌদোক খুদিংমক থোকপগী মরম লৈ) মী পুন্নমক্না নচা মুপা অহ্ মীগী মপোং হুয়াপ্লি হায়রহ্না তাংনরিবা অসি চুন্নমগনি মুংশিং শিত্তনা উনা লেওবা হৌনদে।

১৫০। নুপীগী য়ুম্নাক লৈতে যনগী শঙোন লৈতে— (নুপীগী য়ুম্নাক্তি মানা লৈরু লৈরুবা নুপা অতৈগী য়ুম্নাক ওই) নুপীগী য়ুম্নাক লৈতে যনগী শঙোন লৈতে হায়রুনা থোকচোমদা ওঙবগী থোক্চাম তোঙ্বী হায়রবদু থাইনরগা অমুক সেন্নাবদা ওঙলবদি সেন্নাম তোঙ্বী হায়রে।

১৫১। নুপী মমাঙ পাম্বোম তিংবা।— (নুপী মমাঙদা ইঙ্খং ঙাক্লবা থৌনা উংপা) লৈশাবী পুরুনা লাকপা পারঙ লুক্লগনু। নুপী মমাঙ পাম্বোম তিংবা হায়রুনা নুপী মমাঙদদি শিবা কিবা পোং নন্তে।

১৫২। নৈর নৈর অমৃত থোকই।— হঞ্জিন হঞ্জিন হোৎনরগা ফল ফংই। করিগুম্বা হিয়ম অমদা য়েৎনরুনা য়ারেপ লৌবা ওমগ্রবদি নৈর নৈর অমৃত থোকই হায়রুনা হঞ্জিন হঞ্জিন থম্নরগা মমৈদা ফল অমা তাররকনি।

১৫৩। নোং চুরগা থিগং পোপথোকই।— (করি-গুম্বা য়াকম থরদগী হৌগ্রবা থৌদোকশিংবু অমুক হৌদোক্লরকপা) য়ুথ লামক্কী অঙাং অনি থংনবদা যাগী যাগী মমা মমামা মচা মচাগী থিচং চঙরুনা কপ্লা ঙাংনরম্মী। মমৈদদি নোংচুরগা থিগং পোপথোকই হায়রুনা হায়গী সুংঙাইনদগা পুরমক কোংদোক্লরক্নে।

১৫৪। নোংখক্তা তিল শিংকংলগা ইমায়দা তাই — (মপাগী কত্তমবা মশানা তোঙ্গবা) ইমৈৎ ফত্তবী অহুগা থায়রুনা থংনরে নোংখক্তা তিল শিংকংলগা ইমায়দা তাই হায়রুনা লৈকাই মমাঙদা ঐদমক চৌম্নী, ঐসি যাম্না সুংঙাইতনা লৈরবনি।

১৫৬। নোংমনা ঙা নোংমনা ঈশিং।— অরেপ্পা লৈঙবা, নোংমা নোংমগী হোংবা ) কৈরেলদদি নোংমনা ঙা নোংমনা ঈশিং হায়রবনি। ঙরাং থংতাঙ তাঙবা পোৎ অসি ঙসিনা থংহোঙ হোঙই।

১৫৭। নোংশা মথোঙ মরি পানবদসু হোরংলি— (অকনবা অমদি হৈশিংবা মীশু করিগুম্বদা অশোয়বা য়াওই ) নোংশা মথোঙ মরি পানবদসু হোরংলি হায়রুনা হৈরে শিংলে হায়বা মীশু শোয়বা লাকই।

১৫৮। নোংশা মমৈ ওইববুদি হৌদোং মকোক ওইবনা কৈ।— (অচৌবা মী ওইরগা মীথা পোম্না লৈগদবগী শরুকপুদি অতোনবশিংগী মরক্তা মকোক ওইনা লৈখন। কৈ) ফজবা শেগু না অহাওবা চাহুনা ঈনাকখুনবা ইমুংদা মীগী থদাং মথা থানা লৈগদবগী শরুক ইনিং তম্না শেংলবসু শেত্রবসু লৈনিংই। নোংশা মমৈ ওইগদবগী শরুক হৌদোং মকোক ওইবনা কৈ হায়বা লৈ।

১৫৯। পাংহুম হৌদোকপা লুই।— ( খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা মীদা খঙনবা তাকপ। লুই ) ঐগী হুই হাত্তুনা চাবা অঙাংশিংদো বীজয়দি খঙই। মাগা লোয়নহুনা ঙাইহাক লৈত্তনা লৈমিন্নবা অঙাংশিংনি। ঐনা অঙাং অহু য়াওই নত্ত শোয়দনা খঙলমগনি হায়বা মতমদা মহাক খঙনা খঙনা খঙদে হায়হুনা কংচেন চেল্লি। পাংহুম হৌদোকপা লুই হায়বহুনি।

১৬০। পাপ্পা তানবা শেল প্রায়চিত্তা চংলি।— মত্তবা থবক তৌহুনা তানবা শেলগী কাম্নবা কংদে ) একাগায়ী

হুরানবা নহা অহুনা হরাল্লুবা গারী অহু অতোপ্পা মী ... অমতা য়োল্লে। মমৈদা মপুন্না গারী অহু থেংনহুনা কাবদনী মহাক লেন চঙবা তায়ে। মানা ফংবা গারীগী মমল অহুগুবা অনি তিংলগা থানানা থাদোকপীরক্লে। পাগ্তা তানবা শেল প্রায়চিত্তা চৎলি হায়বহুনি!

১৬১। পিক্লা মরুম কাবা।—(অপিকপা মীনা তাথৎপা) মাগী মচা অতোনবহু পিক্লা মরুম কারে। বা ভাংবদা মায়া অকন অথৌ শাহুনা ভাংলবসু মীনদি মাবু কয়া উশিন্তে।

১৬২। পুক কবগী শরুক রাংলি।— পুক কবা মীগী চাকথুং রাংলি) ইমুংগী চাকথোংবী মুপীনা ময়ামগী অরাং অপা হাপ হাপ্তুনা পিজগা পুক কবগী শরুক রাংলি হায়রহুনা অরোইবদা মাগী হেক্তা লৈহৌদে।

১৬৩। পুঙলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাগদবনি।— (ফিভমগী মতুং ইন্না থবক তৌগদরনি) নচা মুপা অহুনা রীগী মচা মুপী অমা চেন্নুরবনিনা হায়দোকপদি চত্তরা য়াদে। মুপী ময়ুরা হায়রকপগী মতুং ইন্না পাউথুম পীবা তাই। পুঙলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবা তাই।

১৬৪। পেৎনা চেঙ চঙবা।—(থোম ইক কজনা মযুক লুবা) ইনে ইবেমহলসু থোম্নোবী ওইনা তৌরহুনা পেৎনা চেঙ চঙবনি।

১৬৫। পেনা শেম্নিহৈঙদা শামুরো য়ৌই।—(শাজেন শেম্নিহৈঙদা থবক লংদবা) লাই থুরবা চৎকদবা গারী ভাইহুনা লৈরে।

কল্লাংদা ল্লাং কায়দ্রি লৈবাক্তা খুড়য়া থায়দি।

১৭০। কম্বা চন্নগা হিপ্পা চন্নি।— (থক্তিক্তা থোক্তা খরা কেন্না লৌবা) রেল গারী তোংবদা খোঙ নান্না থাংজিল্লকপ্পা লৈত্রবা মতমদা কম্বা চন্নগা হিপ্পা চন্নি হায়দুনা কোক্তং লিংশিনবা চনপ্রবদি ঙাইহাক্তং লৈরগা হেক্তা কোন্নকই।

১৭১। ফাখ্রবা ঈশৈ নোংমতসু ঙংই।— (হৈনপ্রবা লমচৎ শাজৎ পুন্নথা থাদোকপা ঙমদে) কুম চফুদা তারুবদগী মশা পুন্নমক কুম মচু মাল্লবা লমছইনা লাইনা থায়কপনি হায়জিন্দুনা শা পুন্নমক্তী নিংথৌ ওইরে। ফাপ্রবা ঈশৈ নোংমতসু ঙংই হায়দুনা নোংমা নুমিদাংয়াই লমছই ময়াম থোংলকপা তারগা মহাকসু খোংবা য়াওরুরে। শা পুন্নমক্তা লমছইনি হায়বা খঙলদুনা হাত্তোকখ্রে।

১৭২। ফাগী ফাগীদগী থী য়াওই।— (ফাগীদগী অওইবা তারকপা) থোইবগা বাবুগা অহানবদা ফাগী তৌনদুনা ঙাংনরম্মী। মমৈদদি ফাগী ফাগীদগী থী য়াওই হায়দুনা অওইবা ওইনা ফুনরতুনা ময়াম চঙদুনা থামদোক্লখি।

১৭৩। ফৌঙবগুম হায়রগা চেঙ চোইবগুম নাম্বোকই।— থবক তৌনবা য়ায়া চেকশিন্না হায়রম্লগা শিং নাম্বোতুনা তৌরম-দবা) চথোক্লমদাইদা থবক অহু তৌরম্মু হায়দুনা অঙাংদা য়ায়া কয়া শিন্নরম্বনি অহুগা হুল্লকপদদি ফৌঙবগুম হায়রগা চেঙ চোইবগুম নাম্বোকই হায়দুনা করিমত্তা তৌরমদরে।

১৭৪। বোম্না হৌরগা পোক্লাওবীনা লোইবা।— (চাওনা হৌরগা পিক্লা লোইশিনবা) মনিনা প্রধান লেম্নগী চাক থাঙগদৌরিবনি হায়রুনা মান্দোম চাওনা থন্দুলো মী লিশিং অম-রোম চানবা থৌরাং তৌরে।

অদুগা বোম্না হৌরগা পোক্লাওবীনা লোইবা হায়রুনা মী চামরোম লাক্লগা অতৈদি লাক্রে।

১৭৫। বোরা শেগায়বদা কুম্না নম্বা।— (য়ান্না চিন্না হাপচিনবা) চাবদি বোরা শেগায়বদা কুম্না নম্বগুম চায় অদুগা থবক্তি মনা অমতা শুদে।

১৭৬। মকল্লিনা মরল কোয়দৎপা।— (শাওবদগী মশাগী মাওনরা তৌবা) মকল্লিনা মরল কোয়দৎলি হায়রুনা মাগী রেদিওত্ত থোংবা য়াদে হায়রুনা খোঙপাক্লা কাউবদা পুমকায় কায়রে।

১৭৭। মকোক্তা মশম হৌরবদি. লায়দে।—(অচুম্বা চৎপা মী তাওই)— ময়ায়া সাধুনি হায়নবা চাওবগী মচা রামুদো হুকান্দগী পোৎ হুরাল্লি হায়রুনা থানানা কাথরে। হৌজিক মতম অসিদি মকোক্তা শম হৌরবদি লায়রব্রবনি।

১৭৮। মথা থাবনা মথক থংববু থঙত্রা হংই।— (অশোনবনা অকমববু উন্নিত্তবা) লম্বীদা অঙাং অনি থংনরম্মী। অচৌবা অঙাং অহুনা অশোনবা অঙাং অহুবু য়ায়া থিনা ফুবিরে মথা থাবনা মথক থংববু থঙত্রা হংই হায়রুনা অশোনবা অঙাং অহুনা হায় "থায়মত্রবদি নঙ হাত্তোকদবনি"।

১৭৯। মণ্ডদা মঙ্গ্রা তানবা—(ওইথোক্লরোইদবা থবক) নোংবান্না মচা ইবেম্মা থোইবীবু মাগী অল্লায় ওইগনি হায়না মুংঙাইজরিবা অসি মণ্ডদা মঙ্গ্রা তানবগুম্বনি।

১৮০। মচা অমগী হাক্তক্তা শ্বর্গ কায় মচা অমগী হাক্তক্তা নরক তাই।—(ফত্তবা মচা পোক্লগা মমা মপাগী মগুন মঙ্গেং তাই)। নঙগী নচা মুপা অসিগী ফত্তবা লমচৎ শাক্তং অসি মী পুম্নমক্না খঙনরে, ঐখোয়না লোত্তুনা থম্বা য়ারয়োই। মচা অমগী হাক্তক্তা শ্বর্গ কাই মচা অমগী হাক্তক্তা নরক তাই হায়রুনা মাগী হাক্তক্তা ঐখোয় মীমাঙ ফম্বা তারি।

১৮১। মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা মরা ফত্তবা শিবা ঙাইবা।—(কোকপা ঙম্নরোইদবা অরাবদি থাঙবা তাই) ইবেম্মা, ননেম অহুনা ঙাংবা অহু থুম্মুগম্মু। কয়া কুইনবু হিংখি-গবনো, মতম থরা লৈরগা শিজগ্রগনি। মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা মরা ফত্তবা শিবা ঙাইবা হায়রুনা মতম থরা থাঙবা তারে।

১৮২। মচেক্লা য়ৈরগা ময়ানা পানবা।—(কল্লিঙবা য়াফম অমা নাকোইননা কোংদোকপা) থম্বালগী সনাগী লিক পরেং অমা হুরাল্লবগী থৎনহুনা কৌনত্রবা য়ুমলোম্নবা। মুপী অহুগী মমাঙদা থম্বালনা মচামুপীদা চৈরম্মী "হে হুয়ানবী ঐনা মীগী মপোৎ হুরান-গম্মু হায়রা, হুরানবী নঙ নপুল্লি চুপ্পা মুংঙাইবা য়ারোইনে" মচেক্লা য়ৈরগা ময়ানা পানবা হায়রুনা য়ুমলোম্নবা মুপী অহুনা ঙাংলিবমু মঙোন্দনি হায়বা খঙলবস্মু থুবদি য়ারমদে।

১৮৩। মথিক নেম্বনা থা লাম্বা।—(মত্তিক মপা চাদনা অকবা পোৎ পাম্বা) নঙনা তোম্বী সাহেবকী মচা ছপীবু নমৌ ওইগে খল্লিবহ্নু মথিক নেম্বনা থা লাম্বা থোকনি।

১৮৪। মনানা হৈমাং শাবা।—(মগুন মাল্লবা পোৎ অরি অমনা অমগী মহুৎ শিনবা য়াদে) কল্লিগু খণ্ডবা নঙনা য়াম্না খণ্ডবা শান্থনা ঙাংলিবহ্নু তানিংব্রে মনানা হৈমাং শাবা য়াদে। হৈমাংনা শিনবনি, মনানা ককপনি।

১৮৫। মপাম চাকসু চাদবা মরা চাকসু চাদ্রবা।—(নাকল অনিদা কাল্লবা অমতা কংদবা) উৎসোব চাবা চৎকনি হায়থুনা য়ুমদসু ঐগী চাক হাপত্রে। উৎসোব অহু খর থেঙদোকখিহ্নুনা মল্লাম চাবা হৌরম্রে। ইকাইহ্নুনা চঙলমদনা য়ুমদা হল্লক্রে। য়ুমদসু চাক লৈরমদ্রে। ছুমিৎ অহু মপাম চাকসু চাদ মরা চাকসু চাদ হায়হ্নুনা চরা হেল্লে।

১৮৬। মরল লৈতনা শঙ্গোম চানিঙবা।—(শেল পায়দনা অহাওবা চানিঙবা) নীগী থককম চাকমদা হেক্তা ফমজিল্লুনা লেমজা চানবা তৌবসি তোক্লো। মীনা থিনা ঙাংলৈ অমদি মরল লৈতনা শঙ্গাম চানিঙবা তাই।

১৮৭। মরিংনা শাবা ফিঙাইরুক নামা হাঙদে।—(ছুপীসু ছুপাসু মাগী মাগী চানবা লাম্বা লৈ) নচা ছুপীহ্নু মথোং তেক্লে, ময়ুম পানবা খঙলরোই হায়না রাকনু। মরিংনা শাবা ফিঙাইরুক নামা হাঙদে হায়হ্নুনা ঈশ্বরনা মাগী লাম্বা অমা শোম্লদনা শিল্লকনি।

১৮৮। মশা চাদনা মতু চুংবা।—(মনিলদা কিবা) মাগী মচা অহৌ চৈ য়ায়া কিবনি। মপানা ফুগদবগী চৈ হেক থাঙ্গৎপদা মশা চাদনা মতু চুংবা হায়রুনা শিরে শিরে হায়রুনা থরো থরো হেক্তা ওল্লি।

১৮৯। মশাগী শুমাঙ শিত্তনা মীগী শুমাঙ শিৎপা—(মশাগী ফত্তবদি উনবা মীগী ফত্তবদমক য়েংশিনবা) নচা ফত্তবদি রারক্তনা মীগী মচা রারকমু নশুমাঙ শিত্তনা মীগী শুমাঙ শিৎকমু।

১৯০। মিত্তা উৎ চাইবা।—(নমথাক্ত ভৌবা) রাজেন্না কার অরায়বা অমা তোংলগা থরচকা জোম জোম ভৌরুনা য়ায়া চাওবা আফিসার শাহুনা মানা কোয়বা লৈশাবী অহুগী মমিৎতা উৎ চাইরম্মী।

১৯১। মী অপওবা লাল্লোইনৈ উ অকংবা শীঙ ওইনৈ।—(অপওবা মীদি খুদোংথিবা নংগল্লি) পওতক শুদক ভৌবা কুল্লচন্দ্র অহু কাংজে শান্নবা য়েংবা চৎপদা নাকল অনীগী কাংজেরোইশিং মরৈ য়েৎনবদগী অফং অফং কুনবা মরক অহুদা কাংলপ চেল্লুবদা মাসু য়াওনা মকোক কাররে। মী অপওবা লাল্লোইনৈ উ অকংবা শীঙ ওইনৈ হায়রুনা মরাল ইরৈ লৈত্তনা দশা তারে।

১৯২। মীগী চাক্কুক্তা খুজাই থাংজিনবা।—অতোপ্পগী শরুক খোপচিনবা) ঐগা য়ুবায়রুনা লৈরিবা থুপ। অসিদা অতোনবী ওইগনি হায়রুনা লাক্লিবা ভৌবা ওবী ইকাইদবী। নত্তে, অত্তক

ত্রাঙবা লৈবাক অসিদা হুপা অহাওবা অমতা লৈত্রবা অাঙ্গা ?
হীগী চায়ুকা খুজাই থাংজিন্নকপী নত্ত ঐগী ইত্তিক থওহনগে।

১৯৩। মীগী মথৈ ফংলগা শাওই, লাইগী মথৈ ফংলগা হরাওই।—'তাইবং মীদি মশাগী মরাপ লোত্তুনা থম্মী, হায়দোক্লগা শাওই) মীগী মথৈ ফংলগা শাওই, লাইগী মথৈ ফংলগা হরাওই হায়রহুনা মাগী মবুক ফত্তবা, হুয়ানবগী থবক পুন্নবক্তু হায়দোরকপা অহুদা মহাক শাওহুনা হৌগৎলগা চৎত্রে।

১৯৪। মীনা নিঙবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা।—(মীনা নিঙবা খুদিংমক থুংবা ঙমদে ) হিজম চাওবগী মচাহুপী অহু ভলপ চাবা মুপা অমদা থাজনিংবনি অহুবু মীনা নিঙবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়রহুনা চেক শুবা মুপা অমদা চেনগ্রে।

১৯৫। মীনাইনা মরমাই তৌবা।—যাম্না যামদবা চাংদা শেল ভুঙশিনবা) মী খ্বাইনা তৌনৈ হায়রহুনা ইচাহুপী অতোনবী অহুনা মীনাইনা মরমাই তৌবদোনা মুমিং নিনি হুম্নিগী মমুংদা পৈশা মতা মতা শেনফুদা থাদহুনা ভুঙশিনবহু ফনবু য়াম্লে।

১৯৬। মুংলমদাই থাওমৈ ঙাম্নি।— (অরোইবা ওইনা থৌনা ফুদোকপা) লানফমদা য়েক্লবগী গুল্লিনা পান্দুনা তুরবা সিকার অহুনা মাগী অরোইবা সিকুপ্তা মুংলমদাই থাওমৈনা ঙাম্নি হায়রবগুম মাগী লৈজবা থৌনা ফুদোকুনা য়েক্লবা তম্না নোংমৈ রাউন্দ কয়ামুক কাপথোরকপদা য়েক্লবগী সিকার অমা অনি হাংলম্মী।

১৯৭। মৈতানবু ইশিংনা চাবা [illegible] [illegible]
এবা রাখল কোকপা।ওয়ে) মৈতানবু ইশিংনা চাবা [illegible]
মানা ইচা হাংখিবগী ঐগী মৈচাক অসি মাগা কন্ন• [illegible]
কোল্লয়োট।

১৯৮। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদে।—(অচুবনি• লোত্তুনা থম্বা য়াদে• মচামুপা অহু ত্রগ চাম হাম্ববসি মমা মপান্না কনা লোত্তুনা থম্নবসু মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম মীয়ামা হেক্তা খঙনরকই।

১৯৯। মৈরানবীনা মৈরীদা চোংশিন্দুনা শি।—(অপাম্বদা থবাই থানৈ) মৈরানবীনা মৈরীদা চোংশিন্দুনা শিবগুম পাখঙ মচা অহু ত্রগ চাবদা মপুন্সি অহুম লোইশিনখিরম্মী।

২০০। মৈরিকপিদগী মৈজাওবী ওল্লি।—(করিগু নৈভবা বাকমদগী অচৌবা রাথোক ওইরকই) অঙাং মশেল থংনবদা মহৈ মহৈ মিচঙ চঙহুনা ভাংনবদগী মমৈদদি মৈরিকপিদগী মৈজাওবী ওল্লি হায়হুনা অহল মশেল খুং খোল্লগ্রে।

২০১। মোন্না শেঙ্গাও লাকপা।— মতৌ মান্দনা তৌবা ওম্বা) মাগী মচা মুপাহু য়েংবদদি শাখু মাল্লি অহুগা তৌথোংনকপদদি থাজদনা মী ওম্বা থবক ওাক্তা তৌরকই। মোন্না শেঙ্গাও লাকপা ওম্বা অঙাংনি।

২০২। মোরোক মেংপদা জাং তাবা।—(করিগু নৈভবা থবক্তা ইজ্জং মাঙবা) অনা শিকিদা পঙলিক্তা লিকশিন্দুনা মোরোক মেংপদা জাং তাবা থবক তৌগনু।

২০৩। রামায়ন তাবমধে তারগা সীতা কনাগী মতুলো হংই।— (পুম্লিং চঙনা তাদবা) নবোকথোয়দা চংলুচো, অসি পীরম্মু; অহু পুরকউ ছায়রুনা ভগাইদগী চিংত পাওহনা তাক্ল-গা হৌজিক্তা চংলমদাইদা অমুক কন্নি হায়বনো হায়রুনা হংলিবসিবু রামায়ন তাবমধে তারগা সীতা কনাগী মত্‌নো (মুপানো) হংই হায়বহু হেক তৌইদা।

২০৪। লনশোৎপীনা পাউখুম থাত্তে।—(মতম লেম্নবা খুবা) মহাক্না পুথিবা শেল অহু শিংউ হায়বা য়াদরে। লনশোৎপীনা পাউখুম থাত্তে হায়রুনা মীনা পীরক্লগা পীগে, হয়েং পীগে, হংচিৎ পীগে হায়রুনা লৈয়ে।

২০৫। লক্কাদা য়াইঙং তাঙবগুম তাঙবা।— (য়াম্না তাঙনা কংবা পোৎ) হৈজাং অসি চীংদগী হেক হেক্তুনা পংচাদা চাবা য়াই অহুগা ঐখোয়গী অখাইদদি লক্কাদা য়াইঙং তাঙবগুম তাঙই।

২০৬। লকোয় চারিঙৈদা খুঙত্রগা থম্মো চারকপদা খঙই।— (লোম্না তৌবা থবক অহানবদদি খঙদে অহুবু থবকী মহৈনা মরম ওইহুনা মমৈদদি খঙনরকই) লৈশাবী অহুগা পাখং অহুগা হৈয়াং লোনজা চাবা মৈরাং লোনচিন টিনবহু অহানবদদি খঙনরমদে অহুবু লকোয় চারিঙৈদা খঙত্রগা থম্মো চারকপদা খঙই হায়রুনা থা লেপপ্রবা মতমদদি মী পুম্নমক খঙনরক্লে।

২০৭। লমগী শম্না মচী শাৎই।— (অথাম্নদা লৈবা পোৎমা মগুন লৈ, হেম্না কৈ হায়না থল্লি) মনিপুরদা লৈবা গোবীন্দগা জয়পুরদা লৈবা গোবীন্দগা লাইগী লাই চপ মান্নবনি

অহৎ লমগী শমা মচী শাংই হায়রুনা জয়পুরগী গোবীন্দনা ৱেরা মণ্ডন লৈবোই খল্লি।

২০৮। লম্বী অনানবদা চৈগু সুবা।—(খুদোংথিবদা মতেং থর পাংবা) শিরগে হায়না নারবা অনাবদা মাইবগী [illegible] কনবা ওমদে। মতম থরা পোথাহনথতনি লম্বী অনানবদা চৈগু শুবনি।

২০৯। লম্বী অশম্বা চংপা গুরু শিবা নংদে।—(অথুবা পাম্বদগী থেওবা) লাই খুরুম্বা চংপদা থর থুনা লাইকম রোমবা হায়রুনা লম্বী অশম্বা চংলুবদা লম্মাংনহুনা হন্দোক হঞিন তৌরিং-ঙৈদা লম্বী অশম্বা চংপা গুরু শিবা নংদে হায়রুনা লাইকুরুম্বা নংহৌদরে।

২১০। লম্বোইবনা মচা অমত্তং পোকচবা মকোক্তা শবিরাই থুংই।—(য়াম্না তাঙনা যংবা পোক্তা অন্দোকবা য়াওবা) লম্বোইবনা মচা অমতং পোকচবা মকোক্তা শবিরাই থুংই হায়রুনা ঐনা লৈত লৈত শল লামচা অমথক লৈজবত্ত্ রাইনবদা মচী নামা তেক্লে।

২১১। লায়রবনা ফি সুবা নোং নংই।—(লায়রবনা তৌবা থবক্তি খুদোংথিবা নংই নত্রগা অকায়বা থোকই) লায়রবনা ফি শুবা নোং নংই হায়রুনা লায়রগ্রবা মুহোনগী মমাগী শোয়াত্তা পানা মনা ফংদবা মতম থোকুনা মনা অমদা লুপা অমমম পীহুনা লৈরম্মী।

২১২। লায়রবদা লাই চঙবা।—( অন্নাবদা অন্নাবা হাপ্প।) মাগী ইমুং অসি লায়রবদা লাই চঙলে। মচা মুপী অমা লুছোমবিনবী শেলদিংবা তমদনা লৈবিগে অমিদা ওরাং যমগ্র অমুক পিগে।

২১৩। লায়রবা অমা ইনাকখুনবা তরানা শৌগংপা ওমদে।—( অনংবা অমগী অরাংপা মরাম চঙহনা মতেং পীবদা য়েনবংপা তমদে) ইনাও মুপা অতোনবন্থ য়ায়া নংলে। ঐখোয় মরাম চঙহনা পীবা য়াবা মতেং যদা পীহনম্থ। লায়রবা অমা ইনাকখুনবা তরানা শৌগংপা ওমদে হায়রুনা মাগী অরাংপা পুরনক য়েনবংপা ওমদে।

২১৪। লাইরেম্না মগুন ঙাকপদা লফুং কায়।—(ইশাগী মগুন ঙাকবা হোৎনবদা খুদোংথিবা কয়া থাওবা ) ঐনা হায়দোকখিবা য়াকমদি ঙাক্না চংপা তাই। ঐনা ঐগী মরুপ তোম্বগী মচামুপী মুছোংবদা মুপা সিল্লিং তরা পাংগে হায়খিবন্থ পীনবা ঐগী মুপীগী মনা কায়রবা তারে। লাইরেম্না মগুন ঙাকপদা লফুং কায় হায়রুনা ইশাগী ইজ্জৎ ঙাকবা য়াদে।

২১৫। লালুপম্থ কাবা রাশম্থ শাবা।—( থবকম্থ তৌবা মীরাম্থ তাবা) মীনাই অহনা সাহেপকী ময়ুমদা অয়ুক চুপ্পা বানা থবক তৌরে অহগা সাহেপ লাক্লগদি লালুপম্থ কাবা রাশম্থ শাবা হায়রুনা থবক কৌরনা তৌরমদে হায়রুনা অমুক চৈবিরে।

২১৬। লিন্তনা মরৈ অনি লোওবনি তাইবং মীন্না মরে অনি লোওবা হৌনদে।—(হায়দোকপ্রবা রাকম হোংবা

হৌনদে) নহাক নশামক্না যারে হায়দোকপ্রবা বাকম অহু অমুক হ্রাক্রে হায়বা হৌনব্রা ? শিক্তনা মরৈ অনি লোওবানি তাইবং মীনা মরৈ অনি লোওবা হৌনদে।

২১৭। লিম্না চিকত্রিবা মীনা লিনশী হু খণ্ডদে।—(কস্রিওক্লা খুদোংথিবা মখল অমশী অব্রাম নংত্রিবা মীনা খুদোংথিবা অচুম্বী চৈথেং খওবা ওমদে) লিম্না চিক্রিবা মীনা লিনশী হু খওদবগুম কায়ন মৈশা নাংত্রিবা মীনা কায়ন মৈচাক খওবা হৌনদে।

২১৮। লিম্না চিকপগী হিদাক লৈ, কত্তবা মীগী হিদাক লেচে।—(কত্তবা মীগী কত্তানা বাখল চুমথোক্লপা ওমদে) অক্লানবা তোমসিং হায়বহু মরাম চঙতনা কনা ফুরে, জেলখানা কমারক চঙনুরে অহুবু থনবা লৈচে। লিম্না চিকপগী হিদাক লৈ কত্তবা মীগী হিদাক লৈচে।

২১৯। লিম্না মথুপ চওলমদাইদা চুম্মী।—(মপান করিগৈদা কত্তবা থবক কয়া ভৌরবগু অরোইবদা উপায় লৈরক্লবা মতমদি কত্তবা বাখল অহু চুমথোয়কই) নোংবাম্না খবগী মাওমবা কয়া ভৌগ্রবসু কৈদা শোকুম্মা শিরমদাই ভৌরবা মতমদদি লিম্না মথু চওলমদাইদা চুম্মী হায়রুনা খবদা মরাল ওাকপীবু হায়জরশী।

২২০। লিনসু শিনবা চৈশসু তেক্কনবা।—(অমসু অংসু রানবা শীবা) মথোয় অনি খংনরিবা অহু লিনসু শিনবা চৈশসু তেক্কনব নহাক্না মখোয় অনি রাশিবনবা থম্ন লাতেবীরমুং

২২১। লুকোকপা কুমদা লেন তাই।—( অরাবা তারিগৈ মতমদা অরাবা, থুদোংথিবা অমুক তাশিন্নকপা) লুকোকপা কুমদা লেন তাই হায়রুনা অহল লৈতবগী রারিগৈ অসিদা ইচা মুপানা মুপী অমা অমুক গাড়ীনা থেন্দাইক্লে।

২২২। লুহোংবগুম চৎপ্রগা মঙ্গ মুগুম হল্লকই।—( হরাও হরাও চৎপ্রগা নিংবা কারনা হল্লকপা ) ইযোচাগা ইবে-তোমগা মতৈ মনাও অহু রায়া কেনা ফিজেৎ লৈতেংহুনা সিনেমা থেংগনি হায়রুনা চৎথিবনি। লুহোংবগুম চৎপ্রগা মঙ মুগুম হল্লকই হায়রুনা হল্লকপদদি গাড়ী থেন্দাইনৈ হায়রুনা মমায় মমিৎ কায়রুনা লাক্লে।

২২৩। লুহোংলমদাই তামি কেওবা।— থুরোনবা মতমদা থবক তৌবা) থবক চৎকদবগী খোঙ থাংদোরক্লবা মতম অসিদা লুহোংলমদাই তামি কেওবা হায়রুনা হৌজিক্তা কি তরুনা লৈরিব্রা?

২২৪। লেমা পীজবদি হু কাওবা চায়।- (লেমা কংবা পোত্তি অক কত্ত থিদে) লেমা পীজবদি হু কাওবা চায় হায়রুনা লেমা পীরবদি মহাক্তি অক কত্ত থিদে পিরিবা মখৈ লোই।

২২৫। লৈকাই অমা রাঙাং অমা, লৈরক অমা লৈশক অমা— (লম লমগী রাঙাং অমদি চৎনবী মায়দে) লম থরদদি লুকোংবা থিল্লকপদা মুপা মমুদগী মৌথিল শেল রায়া লোই। লৈকাই অমা রাঙাং অমা, লৈরক অমা লৈশক অমা হায়রুনা অতোপ্পা লম থররুনা মৌথিল শেল তোঙায়া লোদে।

লাকইবা মী পুম্নমক পীজ পিথক ভৌহুনা অথবা দক্ষিনা তৌরগা লোইয়ে।

২২৬। লৈকাই পাখৌ লান্দা শি।— লৈকাইগী অকল অখৌ অমদি লুচিংবা মীনা ময়ামগী মমাও থাহুনা খুদোংথিবা কয়া মায়োরৈ। মাইকৈ মাইকৈ শিঙমহুনা তুরেল লখায় মুক্তা শায়বদা অভোয়া নাকল অমগী মশা য়ায়া কবা চত্রা শায়গদবা মুপা অমগী লম্বা চাবা অমতা ঐথোয়রোমদা লৈত্রে। লম্বা থয়া নোপ্লখনু লৈকাই পাখৌ লান্দা শি হায়হুনা ঐখোয়গী মুক্তা ওবা ভোয়চৌনা শায়গে হায়হুনা চোংথোয়কই।

২২৭। লৈচিন্দা তেন কাপ্নবা।— ( নাকোইনবা ভাংনবা) মশক মমিং পান্দনা প্রমান ভৌহুনা পঙাংদা ভাংনহুনা লৈচিন্দা তেন কাপনবনদি, কশ ভাবা ওমলোই। মায়গা মায়গা উনবগা মানা মানা নিংনহু থোক থোক হায়দোক্লবদা কগনি।

২২৮। লৈতোন্দা শরু পান্দে মত্তাঙুম ভাংবা।— (ময়ম চাবা চাদবা পঙাংদ ভাংবা) নঙনা ভাংলিবহু ময়ম চায় চাদে, মীনা তানিংই তানিংদে থঙদনা লৈভোন্দা শরু পান্দে মত্তাঙুম পঙাংদা ভাংগনু।

২২৯। লৈত্রগা মচং চায়।—( অহোঙবা পোং কংদবদগী মমল য়াম্বা পোং শিজিন্নবা) ওসি ঐগীমরুপ অমা লাকই। পীজনবা ওা অমতা লৈতহুনা লৈত্রগা মচং চায় হায়হুনা ঐনা মচা লৌনবনি হায়হুনা য়ায়া পাম্মুনা পুথিদা য়োকচবা পেঙবা কায়গা পীজরে।

২৩০। লৈবুঙনা শন শাবা মো খোংহে।—(পোঃ-জিন্নবা পোংনা অশেংবা পোংকী মগুন চেন্দে) আসাম রাইফলসকী গেস্তা কংলা পার্ক মরাক্তা এরোপ্লেন মচা অমা লৈ। য়েংবদা থোবা অমদি পাইরা রাগদবা মাস্লি অদুবু লৈবুঙনা শন শাবা মো খোংদে হায়রুনা থোবা য়াবা পোং নত্তে।

২৩১। লৈমা য়েংলিঙৈদা থুনু কাই। (করিগুম্বা পোং নত্রগা থৌরোক অমদা হেন্না পুক্লিং মুপাখিবদগী অতোপ্পা অয়া কাওথোকপা) লৈমা য়েংলিঙৈদা থুনু কাই হায়রুনা ইচানা শাবা অগোর য়েংলিঙৈদা চাবা থকপা লোইনা কাওথোকউরে।

২৩২। লোক্তাক ময়ায়দা থুমহি থাদবা।—(থুংদ-নমদবা) মী অম্বক য়াম্বা অসিদা নঙনা কোয়া অমথক পীরম্বা অসিদি য়েনরা থুংবা পোং নত্তে, লোক্তাক ময়ায়দা থুমহি থাদবনি।

২৩৩। লোক অমদা কৈ অনী কুনবা য়াদে।—মুপী অমগী মপুরোইবা অনি লৈবা য়াদে) কজবী মো হলকপীনি। মপামদা মতোমতা তোঙান চারুনা লৈ। মাগী অরোনবা মপুরোইবা অনী লৈ। লোংমদি মুপা অনিমক কজবীগী মুমদা থুংলরে। লোক অমদা কৈ অনী কুনবা য়াদে হায়রুনা মুপা অনি অদু কুন-ছুনা মকোক কায়নখরে।

২৩৪। লৌরমদাইদা তেংনা মানবা থাইনরমদাই য়োংমানবা।—লৌরমদাইদা হায়জ চংচ তোরুনা লোবা অদুগা পামজক্লবা মতমদা থিনা তোবা) মুপা অনি খিত্তা চুমদে। লৌ-রমদাই তেংনা মানবা থাইনরমদাই য়োংমানবা হায়রুনা হৌজিক্তা

তুথরক্লা য়ায়া সুংশিবা শারগা হয়েং ময়ুং য়োরগা কু চৈক্লা তাহোয়জবা মাহ্নি; ঐ পামজদে।

২৩৫। লৌরাক খৌদোক শঙম হঞ্জিন।—(পুশিনক-পদগী চংখিবনা হেনবা) তলপ মচা চাবা মীদি হৌজিক য়ায়া য়ারে। তলপ চাবনি হায়রক্লা থরচনা চাওনা তৌবা তলপনা থৈরে মনায় য়োত্না। লৌরাক খৌদোক শঙম হঞ্জিন হায়রক্লা কংলকপদগী চংখিবনা শরক অনি হেল্লি।

২৩৬। লৌশিংনা শায়ু কায়।—(লৌশিংনা পাদলদগী হেল্লি) পাজনা তৌবা ওমদবা থবক কয়া মীওইবনা লৌশিংগী মতেংনা ইরায় লায়না তৌবা ওন্মী। লৌশিংনা শায়ু কায় হায়রক্লা চৌংগী লুরবা লোকখাদা ওহল্লবা চাওরবা শাড়ুশিং মীগী পাজনা লুখংপা ওমত্রবদা মীওইবগী লৌশিংনা মেচিন শিজিনক্লা ইয়র লায়না মথক্তা চিংথংপা ওমই।

২৩৭। লৌশিত্তা থজনা খীবা, ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা। (তৌরবা থবকী কান্নবা ফংদবা) মী ময়াম অমা নেকুম্না লৈবাক তৌরগা পোং থাগদোৱিবনি হায়রক্লা তৌরিবহ্ন কান্নরোই। নঙগী পোংশিংছু য়োল্লগা খুত্তমল কোয়রোই। লৌশিত্তা থজনা খিবা, ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা তাপনি।

২৩৮। রাথলনদি রাং লাইবক্নদি নেম।—(অহেনবা ভাক্তা থল্লগা কংবদি ওমদবা) থবক্তি লুপা লাখ ল্যাথল্লী থবক ভাক্তা পায়খংজি অহুবু রাথলনদি রাং লাইবক্নদি নেম হায়রক্লা কান্নবদি ইফং ফংদে।

২৩৯। য়াতোম্না য়াংলগা কান্না কমদেকই।—(নাপল য়াম্না তৌরবদি মৈথেকপা ওন্বা অমা হেক্তা লাকই) ঐনা খ্বাইদগী হেন্না হায়হ্নুনা নাপল তৌরোইদবনি। য়াংতোম্না য়াংলগা কান্না কমদেকই। য়াবম্না ঐ মতাইয়ে হায়হ্নুনা নাপল তৌবদগী লক্না তুমখি।

২৪০। য়া থোক্লগা শেল থোকই।—(য়াথোক লান-থোক থোকপা মতমদদি নমহ্নুনা শেল তিংই) মাগী মচা হূপা অহ্নুনা মশানা য়াদবা হূপী অমা কাক্নবদগী শেল য়াম্না তিংখ্রে। নৈতে হায়হ্নুনা নৈতব। য়াদে, য়া থোক্লগা শেল থোকই হায়বহ্নুনি।

২৪১। য়াহৈ হৈত্রগা মপা চৈবা শকই।—( য়াহৈ য়াতা অমদি থোম্হোক শোয়বদগী কত্তবগী অর্থ ওইনা লৌবা ) য়াহৈ হৈত্রগা মপা চৈবা শকই হায়হ্নুনা "ইবুংঙো" হায়য়গা শাওই, "পাপী" হায়য়গা হয়াওই হায়বা য়া নৈ।

২৪২। শগুন্দা থাও য়াওদবা।—( কত্তবা থবক্তা হৈ শিংবা) বোদেগী মচা অহ্নুদি হূবামবা অফাওবনি শগুন্দা থাও য়াওদে হায়নয়িবনি। মানা হূগে হায়হ্নুনা নিংশ্রবা পোত্তু নমহ্নুনা হূবা জাংনি।

২৪৩। শগোল তোংবা হৈ হৈত্তে থুর্জি পায়বদা থওই।— থবক হৈ হৈত্তে হায়বা থবক তৌবা (হৌরকপদা থওই) নর্সনি হায়বা হূপী অমা লাকপহ্নু কয়িমত্তা হৈত্তে। শগোল তোংবা হৈ হৈত্তে থুর্জি পায়বদা থওই হায়হ্নুনা হিদাক কাম্নগী য়েত্থুম থিন-বদা হৈ হৈত্তে হায়বা হেক্না থওই।

মতম্গী নশৌবু লমহুই ঐনা থুডববা হায়রহুনা নঙনা ফনা লোত্তুনা নমথাক তৌহনা হায়রবন্নু ঐনা নঙনা খল্লিবহু লোইনা থঙই।

২৪৮। যণ অতেবনা রাইবা শব্দ ফংই।— (শাওগন্দবা মীনা শাওরকপদি য়াম্না শাথি) মাধব য়াম্না তপ্পা শাওগন্দবা মীনি অহুবু যণ অতেবনা রাইবা শব্দ ফংই হায়রহুনা মান্না শাওরকবদি মী হাৎপা ঙম্মী।

২৪৯। যণ অশিবা মনাক্তা লেপ্পা প্রায়শ্চিত্ত ফংই— (ফত্তবা থৌদোক থোকপা মকমদা চংলুরবদি অরাবা নংই) পুলিসনা লমীদা অচৎ অওক চেক তৌরিবৈদা থুংলায় পায়বা নহারোল থয়গা অচম্বা লম্বী চৎপা মহা থয়গা তুংথ মাঙথ লাক্লমই। যণ অশিবা মনাক্তা লেপ্পা প্রায়শ্চিত্ত ফংই হায়রহুনা থুংলায় পায়বা নহাশিং অহু কাবদা অতৈ অহুস্মু য়াওনা কারম্মী।

২৫০। যণ থোঙ্গন্দা লাইনা লৌই।—(পীকই মত্রগা লায় হায়না খনবা পোত্তস্নু খুদোংথীবা ফংই) যন থোঙ্গন্দা লাইনা লৌই হায়রহুনা সাইকল ডিপ অমথক কোৎপদা কোৎল হোর কোৎল হোর অয়ুক অমা চঙই।

২৫১। যন্না উরোকথোং লানবা উরবস্নু উদে হায়রু (ওইথোকক্তবা মীনা থাজরোইদবা থবক্তা চুমই হায়না শোগংকহু) মীনা কৈ তোংহুনা অথাপা মকমদা য়াম্না থুনা চংপা ঙম্মী হায়রবসি মরিংরক্তা উরবদি চুমই হায়না য়েংকহু। যন্না উরোকথোং লানবা উরবস্নু উদে হায়রু হায়বা কৈ।

২৫২। শন রাইনগনবনা চৌখোঙ তৎলি (কোকই)।— (লাক্ল কানবা পাম্বা মীনা অশোক অপন নংই) মাগী মচা মুপা অহু শরিং শর। রাম্না হৈবা লাক্ল কানবা পাম্বা অঙাংনি। শন রাইগন-বনা চৌখোং তৎলি হায়রুনা মমান্নবগা লাক্ল কান শান্নবদা মখুং কমা তেক্লে।

২৫৩। শবীনা মমা নোক্লে।— (মশাগী অশোন্নবদি উদবা মীগী অশোন্নবদমক য়েংবা) নঙবু নশক কয়া ফজবা মীনো, নেগ্রো হেক মান্নহুনা অহুগা শবীনা মমা নোক্লে হায়রুনা নঙনা মীবু মশক থী হায়রুনা নোক্লরি।

২৫৪। শরেংস্থু থোংবা থাওস্থু থাকপা।— (হিরম খুদিংদা অফবা ঙাক্তা ওইবা) মাদি মরায়বক রাম্না ফরে। মচান্নুপা ডাক্তর অহুগী হন্নক লুহোংলুবা মখৌ অহুস্থু ডাক্তরনি, মশক মতৌ ফজে, ইনাক কৈরাক থুনবা আফিসারগী মচানি। শরেংস্থু থোংবা থাওস্থু থাকপা হায়বহুনি।

২৫৫। শানা শিবনা খোঙ্গুল্দা মীনা শিবনা চৌন্দা।— (শা ডানবা মীনা শাগী খোঙ্গুল লিহুনা শা ডান্নি। ডাইবং মীনা রাঙাং শোয়বদগী অন্নাবা নংই) কন্থারদগী লাকপা নহা অহুনা অফাওবা শারহুনা মাবু উশিন্তবা মী মখে নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকদবনি হায়রুনা হেক হেক ঙাংবদগী শানা শিবনা খোঙ্গুল্দা মীনা শিবনা চৌন্দা হায়রুনা লালহোবা খুৎলাই পায়বা মীনি হায়না থানানা কাপ্রে।

২৫৬। শামু মথুন পেনা থোংবা।—(পুক্কিং চঙনা তাবা) নঙনা ফনা য়াম্না তাকুনসু মারদি নঙগী নবাহ্ তানিংদে। নঙনা ভাংলিবহ্ মঙোন্দদি শামু মথুন পেনা থোংবনি।

২৫৭। শামু মপোৎ ইরোইদা থোনবা। (মতিক মপা চাদবা অচোবা থবক তৌহনবা) শামু মপোৎ ইরোইদা থোনবা হায়রুনা পীকপবা অঙাং অহ্‌দা অহক লম্বা পোৎ অহ্ থোনগংপি রবদি কদায়দগী পুবা ঙম্নগদগে।

২৫৮। শামুগী কোকথেংফম চোথেগী নপ্তেকম— ময়ামগী পনফম নত্রগা তাইনফম) শামুগী কোকথেংফম চোথেগী নপ্তেকম হায়রুনা ঐগী য়ুম অসি মাইকৈ খুদিংদগী লাকপা মী পুল্লমকী থুংফমনি।

২৫৯। শামুনা নাই থওদে, নিংথৌনা নাইথিদে— (মচা মনাইবু কাওথোকপা) শামুনা নাই থওদে নিংথৌনা নাই থিদে হায়রুনা থোংলেম্না মাগী মরুপ পুরেম্বনা পোক্লম্বা মচা থম্বা অমসুং থম্ববু মতম কুইনা কাওথোকউরে।

২৬০। শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা হোচিল্লু।—(মায়-য়োক্লবা ঙমত্রবদি চঙজো নত্রগা হায়জো) চীংলুংদা থবক তৌনা চৎপদা ঐনা হাও অমা ফুরুবদগী হাওয়াম চঙরুনা ঐবু হাংকদবগী কোরশিলম্মী। উপায় লৈত্ররুনা শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা হোচিল্লু হায়রুনা ঐনা থুল্লাকপগী মথোঙ কোন্দুনা হায়জবদগী উচিম্না থরাই হিংহোই।

২৬১। শামু ময়া থিন্দোরকপা মঙ্গে থেঙ্গ্না মৈশিনবা য়াদে।—(কন্না মচীন তুমথংলকপা মৈথংপা য়াদে) বীরমনিদি হন্দক ময়ক অসি ফিরাল ময়াম চুমথংলকই। শামু ময়া থিন্দোরকপা মঙ্গে থেঙ্গ্না মৈশিনবা য়াদে হায়ন্না মানা তৌরু তৌরুবা থবক থুদিংদা মৈথায়বা অমত্তা য়াওদে।

২৬২। শামুনা ময়াং কংলগা ইরোইমুক চাওই।—(অচৌ অশাংনা মরাই চায়থররুগা মতোন্দগী হন্দবা মীগা মাটেম) শামুনা ময়াং কংলগা ইরোইমুক চাওই হায়ন্না হেড মাষ্টরনা থবক্তগী পোথ্যায়ন্না পেনসন ফংলবসু মাগী পেনসন্না চপ্রাসি অমগী তলপুগী হেল্লি।

২৬৩। শামু য়াকুম নিংথৌ য়াকুম।—(নাম্বোকপা য়াত্রবা য়াথং নত্রগা দণ্ডি) শামু য়াকুম নিংথৌ য়াকুম হায়ন্না থানানা লাকউ হায়বা মুমিং অহুদা হেক চত্তবদা ফাবা লাকনি।

২৬৪। শায়র শায়র ওইনমই, নৈর নৈর অমৃত থোকই।—(হঞ্জিন হঞ্জিন হোৎনরগা অফবা ফল ফংই) শায়র শায়র ওইনমই নৈর নৈর অমৃত থোকই হায়ন্না মচীন চুমদবা মীদি হঞ্জিন হঞ্জিন ফুরগা অচুম্বা হায়দোরকনি।

২৬৫। শিত্তোকত্রবা তিল হঞ্জিনবা য়াদে।—(ঙাং-থোকত্রবা য়াঙাং হঞ্জিনবা য়াদে) গাড়ী হুয়ানবা মী অত্ত মহাক্না মশক থগুই হায়ন্না ময়াম মমাঙদা হায়দোকউরে অহুগা হৌজিক থগুদে হায়ন্না চেনবা য়ারিবয়া? শিত্তোকত্রবা তিল হঞ্জিনবা য়াক্কবনি।

২৬৬। শিরকাওবদা মরূনা য়ুবা।— (কত্তবা মীনা শিগ্রবা কাওবদা মালা তৌরব্বা কত্তবা থবক্তী মহৈদি লৈহোই) থানাগী এস আই তোম্বী হায়বা অহনা ঐগী ইচা মরাল লৈজদবা অহু নহারোল লালহৌবা য়াওই হায়রুনা কাহনা জেলদা থম্বীরে। য়াম্না কম্না বানোমহুনা লোথোকউরে। মরাম্না মপোৎ কাহনা মাস্থু নহারোম্না কাপু্না হাৎখ্রে। অহুবু শিয়কাওবদা মরূনা য়ুবা হায়হুনা ইচা অহু মহাক হাৎপা য়াওই হায়হুনা অমুক কাখ্রে।

২৬৭। শেন্দোং ওন্না তাবনা চেও মচং চায়।— (হায়া থবক তৌবনা খুদোংচাবা ফংই) চীংদা ই কানবা চংকে হায়রবদি ওস্তানা মী চংনরক্রিঙৈদা চংলগা অফবা ইকম থলহৌ- গদবনি। মীনা থস্তোকখ্রগা চংলুবদি কায়দে। শেন্দাং ওন্না তাবনা চেও মচং চায় হায়বা রা দৈ।

২৬৮। শেন্দোয় পাম্বদগী শেল্লেপ মাওই।— (অহেনবা পাম্বদগী হায়া লৈজরম্বসু মাওবা) শেন্দোং য়াম্না ফংলগনি হায়হুনা গজা লম্লোল্লুবদা কাংজম থোম্বহু থানানা ফাহনা শেল য়াম্না তিংলে। গজাস্থু মাওলে। শেন্দোয় পাম্বদগী শেল্লেপ মাওই হায়বহুনি।

২৬৯। সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা।— অফবদা অফবা হাপচিনবা) ডাইরেক্তর সাহেপকী মচাম্বুপী অহু মশক মতৌ ফজবদা মমিং চংলিবনি। হৃদক্তা MA পরিক্ষাদা কাষ্ট ক্লাসকী কাষ্ট তা পাস তৌরে। সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা হায়হুনা

কজবগী মথক্তা অমুকা হেল্লা মগুন লৈহল্লে।

২৭০। সনাগী মচুৎ য়াইওংনা শিল্লি। (করিগুম্বা পোৎ অমা ফংত্রবা মতমদা পোৎ অদুগী মগুন থর চেনবা অতৈ পোৎনা মচুৎ শিনবা) লাই থুরুম্বদা হৈ মনম নাইবা চগুগমি হায়বদু হৌ-ৱিক্তৌ চপ্প্রা ফংত্রবনিনা সনাগী মচুৎ য়াইওংনা শিল্লি হায়দুনা চপ্প্রাগী মচুৎ মনানা শিনবা তাই।

২৭১। হঙ্গোয়দবদগী চফু শোকই।—(য়াই য়াই হায়-দুনা লম হেৎজিল্লা থবক তৌবা) মীনাই অসি ঐনা য়াম্না লুনা তৌবদগী হঙ্গোয়দবদগী চফু শোকই হায়দুনা ঐগী চাক্লুক্তগী তা লৌদুনা চারেদনা।

২৭২। হা উরোক (নত্রগা শক্তি) নমাওসু লাং নতুংসু তেন।—(নাম্বোকপা য়াত্রবা ফিভমদা লৈবা) নহারোল লালহোবশিংগী লৈফম তাক্লে সিফায়না ফুবা, ডাকটরে নহারোলগী কায়া ঐ অসি হা উরোক নমাওসু লাং নতুংসু তেন হায়দুনা তারে।

২৭৩। হায়রে য়াতাথী হায়ত্রে য়া মাওবা।—(হায়দোক্লে কত্রবা, হায়হৌদ্রগা মীনা থওলাইদবা য়াকম) ঐনা নংওান্দা হায়গদৌরিবা অসি লুক্লে। হায়রে য়াতাথী হায়ত্রে য়া মাওবা হায়বদু খোকই। ঐনা চুই অমা য়াওখিবদু মওগী নচানা হাংদি হায়বসি উংহৌবা মী য়াওই। হৌজিক য়তিক চাবা মমল পীরবদি থবক চথবা অরে।

২৭৪। হি অনী তোংবা করাও শেগায়।—(মাকদ অনীদগী খুদোংচাবা লোনব। হোংনবদা মরক্তা অবাবা ওইবা) ভোৎতা লাম্বা তৌনরিবা কেগ্ডিদেং অনীগী মী ওইবা হায়বদি হি অনী তোংবা করাও শেগায় হায়হুনা অমনস্ম থাজদ অমনস্ম থাজদ মরা লৌবা মাদবা মী ওইহুনা তোকনি।

২৭৫। হৌগায়রাবুদি চীনগায়রামা কল্লি।—(লাইবা তৌহুনা মী কাম্বনহনবা তৌববুদি রাথীঙ্গাইনা থবক থুবা হেল্লি। তোম্বগা তোম্বগা মতৈ মনাও থংনহনগে হায়রবদি মন্ত্র যন্ত্র তৌব-নদি কাম্বরোই। হৌগায়রাবুদি চীনগায়রামা কল্লি হায়হুনা মরাদা অমা হায়জীন মতুদা অমা হায়জীন তৌরগা হেক্তা থংনগদবনি।

২৭৬। হিংচাবগী ময়াদি হিংচাবনা থঙই।—(কত্তবা মীগী কত্তবা লৌশিংদি কত্তবা মীনা থঙই)। হিংচাবগী ময়াদি হিংচাবনা থঙই হায়হুবা হুরানবা মীগী শাজত্তি হুরানবা মীনা থঙই।

২৭৭। হিংচাবীনা শরী শোনবা।—(হায়দোকথিবা রাকম ওাকবা) নঙনা চামরক রাশক্লুনা হায়রবস্ম ঐনা থাজগদবা নত্তে। নঙনা রাশকপল্লুদি হিংচাবীনা শরী শোনবগুম্বনি।

২৭৮। হিয়াঙ তাম্বরিতৈদা তুম্বাগী শেল থোবা।—(য়াম্না রাথল চঙবা থবক অমা তৌরিতৈদা থোইনা মক ওইদবা রা-কম অমরীদমক থৈথাবা নীবা) হিং তৈনোকপা রাদনা শত্রু শাম্ব-রিতৈ অসিদা হিয়াঙ তাম্বরিতৈদা তুম্বাগী শেল থোই হায়হুনা নিজা

নাকন্দা কয়াগা চা থরুবা শেঙ পীয় হায়রহনা ঙংবা অসি তাঙ্গ নিঙ্ঙ্রে।

২৭৯। জুয়রগা লৈতুম বাত্তে।—( অরায়-অথুম ভৌনবগী ল্লোইবা লৈতে; জুয়রগা লৈতুম বাত্তে হায়রহনা মঙনা হেক হায়রিবা মথে ঐগীস্ হায়নিংঙাই লৈ।

২৮০। তুই ঙাওর তুইবু থি শন ঙাওর শনবু থি—( মচা মনাইনা ফত্তবা থবক ভৌরুররদি মপু চেয়্রে ) নচানা মীগী মপোং তুরাল্লুরবদি তুই ঙাওর তুইবু থি শন ঙাওর শনবু থি হায়রহনা মমা মপা ওইবা নখোয় চেন্নবা তাবনি।

২৮১। তুইনা থী থিবগুম থিবা।— তুম তুমহনা কোইথি থিব') মহাক্তি য়ু থক্লবদি লৈবা ঙমদে। মুমিদাং হেক ওইরকপগা তুইনা থী থিবগুম য়ু থিবা কোয়চং চংলি।

২৮২। তুইনাও মচা চান্নগা লৈতোন লেকই।—(লুনা চান্না ভৌবদগী মথক থোংবনু থল্লোইরক্লবা, কিরক্লবা) অঙাং অচু-হেজিন্না লুনা ভৌরুমু। তুইনাও মচা চান্নগা লৈতোন লেকই হায়রুনা হয়েং চাওরগা মথক্লা কাখত্ত না নেৎলক্লনি।

২৮৩। তুইবু লোলাই ভোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথৈ।—(অভোনবা মীনা অচৌ অঙাং ওইরক্লবা কাওবদা মাগী হান্নগী অভোনবগী চৈনবী শাজং অচু থাদাকপা ঙম্মদে ) প্রধান ভোম্বী যাম্না চীংলেম্বা মীনি। অচুবু মাগী হান্নগী য়ু থকপগী চৈনবী অচুদি ইথা থাদোক্তে। অচৌবা উসব লেলা চংপদা মন্না মরক্লা চঙহনা য়ু হেক হেক থক্লই। তুইবু লোলাই ভোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথৈ হায়রবহনি।

২৮৪। হুদা হুরবদি লৈমা হু।—(বদনাম চাবা তারবদি মমল য়াম্বা পোৎকীদমক চাবনা কৈফো মুপীবু ফাহনা লোবা হৌনব্রা ? ফাহনা লোগে হায়রবদি শেল চঙলবস্তু মশক খীবী অহ্ কারুবগী মহুত্তা মশক মতৌ কজবী অহ্ কাবনা কব্রা ? হুদা হুরবদি লৈমা হু হায়বা র' লৈ।

২৮৫। হুরানবা মকোক্তা নাপী পকই।—(অরানবা তৌবা মীদি লোত্তুমা লৈবা য়াদে)। অরানবা তৌবা মীদি লোত্তুমা লৈবা য়াদে, "হুরানবা নকোক্তা নাপী পকই" হায়বদা য়াহনা ৱেংই চায়বগুম মতোমতা হেক্তা তাকথোকচরকই।

২৮৬। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা।— হুরানবনা তয়ারক হুবা য়াই, মপুনা নোংমদি শোয়দনা ফাগনি) ঐগী ইংখোলদা চু খরা হৌবহ্ অঙাংশিংনা হুহনা পঙচাদা চারে। কয়াবু কুইগবনো হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়হনা নোংমদি মরায়বক খীবা অমা কাগদৌরিবনি।

২৮৭। হুরানবদা শো শিন্নবা।—(ফত্তবা থবক তৌবা হৈনবা মীদা ফত্তবা থবক তৌবগী থুদোংচাবা পীবা) য়ুমগী শোম্নু মাঙখরে। য়ুমগী মী পুম্নমক চৎথোক্তবা য়াদহনা য়ুমলোয়বা মুপী অমদা য়ুম খরা শঙবীরম্মু হায়হনা শিন্নরম্মী। মুপী অহ্ মথুৎ মশা খর শাংই, হুরানবদা শো শিন্নবা থোক্লগব্রা ?

২৮৮। হুরানবা মতুঙ মৈরিঙবা।— খুদোংথীবা থোকপ্রবা মতুংদা চেক্কশিনবা) শম্বল খিঙঙু তায়বা য়াদহনা শন চঙহনা ইংখোলগী মেহ্বাং নাপী লোইনা চাথোকখ্রে অহুগা হুরানবা মতুং মৈরিঙবা হায়হনা হৌজিক্তা শম্বল খিংনবা তৌরিব্রা।

২৮৯। হৈ-লৈগী মনমদি লৈকাই লাম্না চত্তে, তাইবগী মীগী মনমদি লৈকাই লাম্না চৎলি।—(লমচৎ ফজদবা মীগী ফত্তবা মিংচত্তি থাপ্না শন্দোকই ) ইবেম্মা ! হুরান চীম্থি তৌগনু ফজদবা লমচৎ চৎকনু। হৈ লৈগী মনমদি লৈকাই লাম্না চত্তে তাইবগী মীগী মনমদি লৈকাই লাম্না চৎপনি। নঙগী ফত্তবা শারুৎ অহু মীনা বা-বা ভাঙনরকনি।

২৯০। হৈ লৈর থাও লৈত্তে, থাও লৈর হৈ লৈত্তে—(লম্ব অমা রাত্তনা থবক তৌবা য়াদবা) তোম্বীগা ঐগা থবক অমা চৎশি হায়নবনি। হৈ লৈর থাও লৈত, থাও লৈর হৈ লৈত হায়রুনা মানা শংবা কান্দা ঐনা থবক শংদ, ঐনা থবক শংবা কান্দনা মানা থবক শংদ তৌরুমা হৌজিক ফাওবা চত্রে।

২৯১। হৈ হেকপনা ফনা হেক্তুনসু হৈ থুনবনা হৈত্রবদি হৈ মাঙই।—(তানশিনবা মীনা ফনা য়াম্না তানশিল্লক্লবসু লোইশিনবা মীনা হৈত্রবদি তুঙহোদে) মুপানা কম্না শুহনা য়াম্না পুশিল্লক্লবসু হৈ হেকপনা ফনা হেক্তুনসু হৈ থুনবনা হৈত্রবদি হৈ মাঙই হায়রুনা মুপীনা লোইশিন খোমজিনবা হৈত্রবদি চাওথৎপা ভমদে।

২৯২। হৈনিংলগা কৈমাঙ হীপ, হৈনিংত্রগা কৈনিঙ হীপ।— (হৈনিংলগা মাঙজিল থানা থবক তৌই, হৈনিংত্রগা লৈথরুনা লৈগোই ) ঐগী ইচা অতোনবহু থবক শুবিয়ু হায়বা য়াবা পোৎ নত্তে। হৈনিংলগা কৈমাঙ হীপ হৈনিংত্রগা কৈনিঙ হীপ হায়রুগা মানা হৈনিংলগা শীঙকা হেক্তা থারদোকই, হৈনিংত্রগা হৌগত্তনা হেক্তা চৎখি।

২৯৩। হৈনৌজোম য়ুম্বাল তেলঙ্গা য়াহীপ।—(মৈকশিন থোইজিন্না য়ুম পান্দবা) নখোয়না পাল্লিবা য়ুম্বাল অসি কর্জা চা কা-হীপ, হীপ, হৈনৌজোম য়ুম্বাল তেলঙ্গা য়াহীপ হায়রবনি।

২৯৪। হৈমন শিংমল্লগা পশিঙ থোকই।—(হৈ শিংবা শাবদগী অকায়বা লাকই রেডিওগী মরমদা করিগু খঙদবা নহাক্কী রেডিও অদু শীদোকুনা কোইনা থদংলে। হৈমন শিং-মল্লগা পশিঙ থোকই হায়রগুনা রেডিও অদু মাঙহল্লে।

২৯৫। হৈরাংডিগুৈদা য়ুরাংডি।—(থবক অমা তৌরিগুৈদা অতোপ্পা থবক অমদু হাপচিল্লকপা) হৈরাংডিগুৈদা য়ুরাংডি হায়রগুনা ইঙ্গিন শেম্লিগুৈ অসিদা উ থাংসি অমুক হায়রিয়ে।

২৯৬। হৌদোঙ ইকাইদবা ইরোই নিংথমদবা।—(ইকাইবা খঙদবা) ইবুংঙো, চাবা থকপদা নঙগী শরুক অদুতা চাও মীঙোন্দগী লাকপসি তৌগন্নু হায়না য়াম্না হায়রবনি অদুবু হেক্তা তোই। নঙসি ইকাইবা খঙথিদ্রে। হৌদোঙ ইকাইদবা ইরোই নিংথমদবা হায়বদু নঙ ওইরে।

২৯৭। হৌদোঙ তুমিন লৈববা চফু ওমই (কল্লগা কৌর্দি)—(মতৌ মান্দবা শারগা খুদোংচাবা কংবদা অকায়বা থবক তৌবা) তোমচা হায়বা অঙাং অদু য়েংবদা য়াম্না সাধু মাল্লি অদুবু মতিক মপা চাদনা হৌদোঙ তুমিন লৈবনা চফু ওমই হায়দুনা ওরাংতগী অঙাং মানা মুপী অমা চেল্লে।

২৯৮। হৌদোঙ মথী উংনা কুপ্পা। (থবক তৌবদা মওং তাদবা) থবক রাইরোং চাদনা তৌগদবগী শরুক তৌদবনা

কৈ। তৌই হায়রবসু থোক হৌদোঙ মথী উৎনা কুপ্পদৌনা তৌবদি কায়দে।

২৯৯। হৌদোঙ লৈত্রগা উচী মখে লাংই।— (অঙম্বা মী লৈত্রগা মথাগী মীশিংনা হুরাওই) হৌদোঙ লৈত্রগা উচী মখে লাংই হায়হুনা আফিসারনা টুর চৎখিদৌদা কেরাণী চপ্রাসি পুম্নমক মথৌ তৌদরে, হোটেলদা ফমহুনা চা থক্তুনা, বাথী ভাঙহুনা লৈরে।

৩০০। হৌদোরকপদি শোরারেন তৌথোরকপনা উরেনবী।— (ধুমোক্তি য়াম্না চাওবা তৌথোরকপদি করিসু লৈতবা। চীঙদা শীঙ চনবা চৎকদৌরিবনি হায়হুনা থাঙ, শীংজং, চকু উরান চেঙ-চাক পুহুনা মথোয় অহম মরি অয়ুক ভস্তান চৎলে। হৌদোকয়কপনা শোরারেন তৌথোরকপনা উয়েনবী হায়হুনা অহান-বদদি চীং ফকুদবা মাপ্লি অহুগা হল্লকপদদি বা মতেক অমমম পুহুনা লাকই।

৩০১। য়াইরোংনা য়াইরোং কল্লি শবীরাইনা শবীরাই কল্লি।— (মাগী ম.গী থবক্তা লুই হায়না থনবা) পোইমু-দদি মী পুম্নমক মাগী মাগী লো লোকশীলহৌনবা চেংনবদা য়াইরোংনা য়াইরোং কল্লি শবীরাইনা শবীরাই কল্লি হায়হুনা হাই-দোকুনা অতোপ্পগী মতেং পাংবা ঙম্মদে।

৩০২। য়ুমদাংবনা কৈয় নায়।— (তাংহুনা লৈবা মীন য়ুমুগী থবক্তা থৌমু শারকপা। ইংরেজশিংনা ভারত্তা লৈলোনবা লাকপদগী মমৈথঙদা য়ুমদাংবনা কৈয় নায় হায়হুনা ভারতকী লৈঙাক খুজি কাওবা মথোয়না পারশিল্লম্মী।

৩০৩। য়ুমহোঙ তোয়রগা লায়র তান্নি।—(মফম হে ংদোক হোংজিন তৌবদগী অমাঙ অতা থোকই নঙগী চেঙ বোরা অহ্ হোরে। থমগদবা মফম অমদা মফম চানা থম্মু। অমদা অমুক থাং অমদা অমুক থাং তৌবদা থর থর তাহৌহ্না য়ুমহোঙ তোয়রগা লায়র তান্নি হায়হ্না চেঙহ্ ইয়াও য়াওরোই।

৩০৪। য়েঙ্খাং মৈনম্বা অঙাং চৈনম্বা।—(মুন্না থোংবা য়েঙ্খাং হাওই, য়ারকচেংপা অঙাংনা অকবা মী ওইরকই) অঙাংদি অংপৎপা লৈখোমগুম্বনি। ঐখোয়না ওইহন্নিঙবা মওংদা মেন্তুনা শেম্বা য়াই। য়েঙ্খাং মৈনম্বা অঙাং চৈনম্বা হায়হ্না য়ারক চেংপা ঈমুংগী অঙাংনা ভুংদা মীথোই মীহেন ওইরকই।

৩০৫। য়োংনা চু কোনবগুম কোনবা। (পাম্বদগী থাদোকউ য়াদবা) মুপী মচা পিশক অহ্ মচেনা লাইথি অমা লৈরকপহ্ য়ায়া। পামজক্তরমান্নে য়োংনা চু কোনবগুম কোন্দুনা লৈরে।

৩০৬। য়োংনা তীন্থোক পায়বগুম পায়বা—(হৈনদবা) চেঙহ্ ফৌমান থরা য়াওরে অমুক্তা থুনা তাপ তাপ পায়হ্না থংত্তারকউ। থোংগদবা ঙাইরে। ফৌ অমা পায়খংপদা য়োংনা তীন্থোক পায়বগুম পায়হ্না লৈরবদি লোইরোই।

## হাপচিল্লকপা

১। অঙাং লঙনবা চোপ্পা নংই, অহল লঙনবা কপ্পা ফংই।—(থকসি খাসি মাইনা চত্তবদগী ফত্তবা মহৈ ফংই)—নঙনা নথকী অহলদা লঙনরুবদগী ফুবিরয়েদো। অঙাং লঙনবা চোপ্পা নংই, অহল লঙনবা কপ্পা ফংই হায়বা থক কাওগনু।

২। অনম কন্নগা মাইবী চঙই।— (হিজিন হিজিন হোং-নন্নগা নমৈদা হোংনজবগী মহৈ ফংই) অরাবা কন্না খাঙহনা ইকাই ইকি থাদোক্‌নুনা কন্না হোংনবদগী মখোনসু ফত্তবা মঙ্গীনা অনম কন্নগা মাইবী চঙই হায়রিনা ঈশৈ শকপা ওঝা অমা ওইখি।

৩। অরুম অপূম্বা শোইজিন অহাওবা।— (ফত্তে খঙলবা থবক অহু মশানা মশাবু রারকচবা ওমদহনা তৌরুবদগী অরাবা নংবাগী অনাবনা হৈ চাবা রাদে হায়রবদি চারুসু। অরুম অপূম্বা শোইজিন অহাওবা হায়রিনা থরা ফরকপা অহুদা অমুক হন্‌জিন্না নারগেরা?

৪। ইনানা য়াংপা থয়াত্তসু শঙ্গোম মপানগা চিনিগা চায়, লাইনা য়াংপা থয়াংপু চরা হেনবা হৌনবরা? — (শুবা নোম্বা ওম্লিবা মীনবু চারা হেনবা হৌনদে) মখোঙ মথুং পাল্লিবা মীনবু চারা হেনবা হৌনদে, শুনিঙদবগী রাতনি। ইনানা য়াংপা থয়াত্তসু শঙ্গোম মপানগা চিনিগা চায় লাইনা য়াংপা থয়াংপু চরা হেনবা হৌনদে।

৫। ইমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্ম।— (তৌফম থোকপা থবক্তগী তঙাই ফদবা থবক লুই লৌউবা মীগীদমক্তদি তি জিন্দা নোংমা শুহৌদবদা চহি অমা চরা হেনগদৌরিবনি। মরম অহুনা চিংজিন পোইন্নদদি ঈমা শিবা ফাওবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্মু হায়নরিবনি।

৬। ঈবোইবা হৈবগা হৈতবগা পুন্না ঈরাকমিন্নৈ।— থবক হৈবা মীগা হৈতবা মীগা পুন্না রামিন্নৈ। ভোম্বগা য়ুম শামিন্ন-রুবসি ঐদি দশা ভারে। ঐনা পীরম্বা নাপ অহুদদি কক্তনা মানা

থোকপা অমা পণ্ডকক্তা ককথৎলম্লে। হৌজিক মপুনা উ শিংন্ড হায়রি। ঈরোইবা হৈবগা হৈত্তবগা পূন্না ঈরাকমিন্নে হায়বহু ডারে।

৭। ঈশিংপদবু ঙাতাংবনি রা ঙাঙবদা রা ডাংবা হৌনদে —(মরম চাদনা অতোপ্পা মীনা ঙাঙবদা রা পাংলুরবদি চোপ্পা নংই) এনা ফনবা ঙাঙনরিঙৈ অসিদা নঙনা অমুক ফেশিল্লক-ইবা অসি কয়িগীনো? রা অহু ফৈনা চৎথিগদৌরে। ঈশিংপদবু ঙাতাংবনি রা ঙাঙবদা রা ডাংবা হৌনদে।

৮। উগা মরুপ ওইরুবদগী য়োংপীনা ঈশিংদা তাওই।—( অফবা মীগা তিন্নরগা ফত্তবা মীশু অফবা ওইরকই) অফবা শঙ্গ তিল্লু। ফত্তবা মীগা থক তিন্নগনু। উগা মরুপ ওই-রুবদগী য়োংপীনা ঈশিংদা তাওই হায়বা লৈ।

৯। কপ্পগা নোকপগা মচীন মনাওনি।—( অরাবগা মুংঙাইবগা থংন থংননা লাকই) অমুক রাবা অমুক মুংঙাইবা মীওই-বগী পথাপ্পি। কপ্পগা নোকপগা মচীন মনাওনি।

কবুই কৈওইবা (কৈরোইবা) মনিঙ মমাঙ হোদ্রোং হো - (পুশিল্লকপগা চথোকথিবগা মাম্নবা) এনা মুত্তিগী তাল্লিবা শেল অসি অমতসু লেমহৌদে। কবুই কৈওইবা মনিঙ মমাঙ হোদ্রোং হো হায়ত্তুনা য়ুম য়ো ত্রিঙৈদা চৎথিবনা হাল্লি।

১১। কুম্মৈ য়েংবা লাল্লোইনৈ।—(মিরং নারং শিং-দবদগী মীয়াম তিনকমদা খুদোংথীবা নংবা (কুম্মৈ য়েংকমদা নহারোল

কাঙবু অনী ফ্নরকপদগী কুম্মৈ কাম্বহুনা মীয়াম চেম্বদা কুম্মৈ য়েংবা লাপ্লোইনৈ হায়রহুনা অহল অমামমায়া নেংথায়রহুনা মথুং তেল্লে।

১২। কৈথেল শেন্দাং চরা হেন্দে। (চীজাক মরাং কায়না লৈবা মফমদা লৈরবদি মশাগী লৈস্রবস্তু চায়া হেন্দে) কৈথেল শেন্দাং চায়া হেন্দে হায়রহুনা চেঙ ললোনবী মুপী অহুনা শেল তোংলবস্তু তাংদ্রবস্তু মাগী নোংমগী চানবা চেঙদি অহুম পুশিল্লকই।

১৩। কোঞ্জেং কোকফাইনা নোম্ব মথে নোম্নগা মনঙ্গন্দা মরুম থুই।—(শুব মথে শুরগা কাম্নবা ফংবগী মহুত্তা অবাবা নংবা) শুর শুরগা হেনগংলকপগী মহুত্তা মনিঙলোমদা অহুম হুজিল্লক্লে। কোঞ্জেং কোকফাইনা নোম্ব মথে নোম্নগা মনঙ্গন্দা মরুম থুই হায়রবহুনি।

১৪। ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্কে —(শিবগী অরেপ্পা মতম লৈতে; ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাওতাক্কে, শিবগী অরেপ্প মতম লৈতে। ঙরাংতা চৎলম্বা মী ঙসি হেক্লা শি।

১৫। চাক্লা ঐগী চারগা রানা মীগী ঙাঙবা।—(ফনবা শেম্বীরিবা মীগী মীচঙ চঙদহুনা অতোপ্পা মীগী মীচঙ চঙবা) মহাক্তি চাক্লা ঐগী চারগা রানা মীনা ঙাঙবা তৌবিমল থঙদবা মীনি। ঐনা মাগী অরাবদা শেল পীহুনা মতেঙ পাংথিবহু কাওগ্রে। হৌজিক্তি ঐগী য়েরুবগী মীচঙ চঙহুনা ঐবু হুন্দুনা ঙাঙলে।

১৬। চুহি চাবা থুত্তুঙ ইস্রি।—(অমুক্তং মহাও থঙগ্রবা পোৎ অহু ঙাইহাক লৈতনা ফংনবা হোৎনৈ) চাক্লীয়ী অঙাওবী অহু

ভাৱাং হূংশিহনা চেঙ চাক য়ান্না হাপ্লিথিবা অহূদা চুহি চ্যাব খুত্তু ও ইপ্লি হায়হনা ওসিসু অমুক লাক্লে।

১৭। তীহ্ৰোক অশিবনা ঙামু অচওবা থেম্মী।— মবুক কত্তবা বীনা কাম্নবা ফংনবগীদমক অফ শাহ্নু। মোইথেম তৌবা) ঐগী শেল খরসি চাথোকপা য়ানবা নঙনা তীহ্ৰোক অশিবনা ঙমু অচওবা থেম্বদৌনা থাগত্তুনা থেম্বা অসি ঐ ভাব ত্তাই।

১৮। দাকুগী (তাকুগী) মখুত্তগী তাকাত্তিনা লাকই। হূয়ান চীম্বি তৌবা মীদগী অতোপ্পা হূয়ান চীম্বি তৌবা মীনা হূবা নত্ৰগা লাকপা) সাইকল হূয়ানবা তোঞ্জাওনা সিনেমা হোলদগী হূরকপা সাইকল অহূ দাকুগী মখুত্তগী তাকাত্তিনা লাকই হায়হনা মানা চা থক্লিডৈদা অতোপ্পা হূয়ানবা অমনা অমুক পুহনা চৎখ্রে।

১৯। ধারা মরী তংকদে, নোবো পালা কায়হৈদে— (মমা মপাগী লমচৎ শাজং মচা মগুদা থঙথরকই)। ধারা মরী তংকদে নোবো পালা কায়হৈদে হায়হনা হূয়ান চীম্বি তৌবা মপাগী মচা হূয়াল্লি।

নঙনা তৌবনা নঙনা ফংবা ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা।— ( মী খুদিংমক মানা মনা তৌবা থবক্কী মহৈ ফংই ) নঙনা অফবা থবক তৌরগা অফবা মহৈ ফংগনি, মানা ফত্তবা তৌরগা ফত্তবগী মহৈ ফংগনি। নঙনা তৌবনা নঙনা ফংবা ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা হায়বহনি।

২১। নাওফম্না মমা চেহ্নৈ।— (অয়ায়বনি হায়না খংবা পোৎনা অচৌবা অমাঙবা অমা ওইবগী মরম ওইরকপা) চন্না মনক্তা

মৈ তীক্লগা ফজনা মুখংলন্মু হায়রগা মুখংলমদন্থনা নাওকয়া মমা চেৎয় হায়থনা মৈভাল মচেং অমথক লৈহৌবথদগী মৈ হৌরক্লনা চক্র ইকু অম মৈ চাকথোকপ্রে।

২২। নিংথৌদস্থ মত্তুঙদদি মপা চৈ।—(অঙম অথৌ শিংস্থ মথোর ভাদনা মত্তুঙদা থীনা ভাঙৈ) ইমাঙদা নত্রবদি মথোয়না ঐবু ইত্তুঙদা থীনা ভাঙনবত্থ ভাঙনস্থ, নিংথৌদস্থ মত্তুঙদা মপা চৈ।

২৩। নুমিংকীদমক হুইনা রাই।—(মীগীদমক্তা রাথীবা) নুমিংকীদমক্তা হুইনা রাই হায়থনা ঐনা ইনাও মপা অভোনবা অহুগীদমক পঙরাদা রাই।

২৪। নুমিং থা হুইনা চাবা নত্তে।—(মতম লৈরি থাঙও) ইচাসিদি— মতম খরা রারবস্থ রানা থাঙও। নুমিং থা হুইনা চাখিবা নত্তে, নঙগীস্থ মুংঙাইবা মতম লাকখিনি।

২৫। নোংমা পোকপা মচানা নিনা শিবা হৌনদে। (পোকপস্থ অমুক্তনি, শিবস্থ অমুক্তনি, শিবদি শোয়ত্রবনি) নঙনা হাংলগা হাং ঐনা হাংলগা হাং অঙম অঙম হাত্তোক্লসি। নোংমা পোকপা মচানা নিনী শিবা হৌনদে।

✓ ২৬। পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোংমা হৈদোক্লগা থুল্লি, ঐস্থ ইত্থ পোরগা চাকথোংবী শায়গে।—(থৌ লৈত্তনা থৌ থিবা নংথৌ ভোক্লগেদি হায়দনা পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোংমা হৈদোক্লগা থুল্লি ঐস্থ ইত্থ পোরগা চাকথোংবী শায়গে হায়রবদৌনা শোয়োক্তা মরাইনা ভাহুনা লৈজবা মুঙশিং অহু লাংথোংদা থাদরিবা অহু করিগীনো?

২৭। পাংলিঙৈদা হরিংদসু হায়জৌ।— (খুদোংচাব্রিঙৈ মতমদদি মখা থাবা মীদসু হায়জবা ভাই) পাংলিঙৈদা হরিংদসু হায়জৌ হায়রূনা অরাবা তাব্রিঙৈ মতমদদি নঙমা হন্থনা থনবা মীদসু হায়জবা তারে।

২৮। পেনা শকপগী নুংদাংরাইরম লৌউবগী নোংমৈ।— (তোয়না হায়গনবা রাহে ঐগী শেল থরা লৈবরু পীথোক্লো হায়ববু, নঙনা ঙসি হয়েং তৌহুনা লৈরে। পেনা শকপগী নুংদাংরাইরম লৌউবগী নোংমৈ হায়হুনা হায়ব্রেদা নঙগী ঙসি হয়েং অসি।

২৯। পৃথি (মালেম) কোকথোঙ নাগে তৌবদা ফৈজা লৈতহুনা তোকপা।— (অচৌবা থবক কয়া পায়থৎকে থল্লবসু থবক তৌবগী খুদোংচাবা লৈতহুনা তোকপা) মহাক্তি পৃথি কোকথোঙ নাগে তৌবদা ফৈজা লৈতহুনা তোকপা মীনি। রাখলনদি রাং লাইবরুদি নেম হায়হুনা শেল লৈতহুনা অচৌবা থবক অমত্তা পায়থৎপা ঙমদহুনা লৈরবনি।

৩০। ফম্মে নুঙগুম্বা, চৎলে নুংশিংকুম্বা।— হৈনিংলগা হৌগত্তবা মথৈ থবক ঙবা, হৈনিংব্রগা হম্না য়েংলমদনা চৎথিবা) ইচা মুপা অতোনবরুদি ভাংনবা শাথীগ্রে। ফম্মে নুঙগুম্বা চৎলে নুংশিংকুম্বা জাৎনি। হৈনিংলগা মুমিৎ হুম্নি মপালদা থোক্তবা মথৈ থবক ঙুই, ভল্লগা চৎথিবদগী থ্বা মথায় অমা য়ুমদা হল্লকে।

৩১। ভীষ্মা চারগা শকুনিনা ফায়।—(অমনা ফত্তবা থবক তৌরগা ফত্তবা মহৈনা অমনা ফংবা) ঙরাং থোইবগা ঐগা

মজে মহী থকমিন্নরবনি। মাদি ইথক থকখিদে ঐনা অ[illegible] [illegible]। তীম্না চারগা শকুন্নিনা কায় হায়ফুনা ঐনা থক্লগা মানা [redacted] ছুংবাং মথোও হামথফুনা নাহৌয়ে।

৩২। মচাগী মপান কপ্না চায়, মরাগী মপান নোক্না চায়।— (মচানা মমা মপাবু মীয়ামনা ভৌবা) ইচাদ্রপা অমথক পোকচবফু মপা লৈজৌদগী ঐনা কয়াদা য়ানা য়োকচরকই অফুগা হৌজিক্তি মতংগী খুদোম্বীদা চৎপ্রে. ঐবু পীজনিংপ্রে। মচাগী মপান কপ্না চায় মরাগী মপান নোক্না চায় হায়ফুনা ঐ কপ্না কপ্না চারিবনে।

৩৩। মপাম শৈত্বেবা কৈনা চায়।— (ফগত্রা হায়ফুনা মকম হোংফুনা থম্মবদা পোৎ মাঙবা) ঐগী সনাগী লিক অফু ঐগীদা শো লোনবা উপু অমত্তা লৈত্রে মীনা লৌথোকখিবা মাই হায়ফুনা ইনাও মুপীগীদা থয় থম্ম হায়ফুনা পীখিবনি। মপাম শৈত্বেবা কৈনা চায় হায়ফুনা মানা শিরুষদা ভত্তনা তাহৌরে হায়রে।

মীচা শিসনু নিঙলগা ইচা শি।— (মীবু মাঙসনু খল্লগা ঐ হান্না মাঙই।—তোম্বনা পুখ্রিদগী ঙা ফুরান্বা মী হাংকাদো-ম্রিবনি হায়ফুনা ঈশিংদা ইলেক্ট্রিক করেন্ট থাজিন্দুনা থম্বদা পুখ্রিদা মাগী মুপীনা ঈশিং শোকপা কুম্নবদা চিংফুনা শিরে। মীচা শিসনু নিংলগা ইচা শি হায়বফুনি।

৩৫। মী য়াম্লগা থী য়াম্মী।— (মী য়ম্মা তিল্লগা বা য়াম্না ওাঙনৈ) মী য়াম্লগা থী য়ামই হায়ফুনা নঙনা নঙনা হায়নিংঙবফু পঙহায়দা হায়নৈ। তাকম খঙদয়ে. ঙাঙগদবা অমতমক ঙাঙঙ।

৩৬। মৌইরাং ইরাওইরৈভৌগী হুমি কহিই।—
হুংঙাই থাক্লিভৈদা থবক ভঃহৌদবা) মৌইরাং ইরাওরিভৈদা হুমি কাংই হায়ছুনা য়াওশঙগী কুম্মে ঈরাংদা তাওরিভৈদো চাখুমদা থোংনবা চেঙ্গ লৈরমজ্রে।

৩৭। লরায় লাংথৈ খোঙনেম্বী থোদোক থুদিং য়াঙগনবী।—(থবক থোদোক থুদিংদা চেপনবা য়াওগনবা মী) লরায় লাংথৈ খোঙনেম্বী থোদোক থুদিং য়াওগনবী হায়ছুনা ঐ অসে লৈকাইদা থবক অমা তৌরে ঐ; অমা তৌরে ঐ ঐ য়াওদবা ইয়া য়াদে।

৩৮। লাইরেন মতুঙ ভাইনবা।—(থুদোংচানবা কংনবা মী অমগী মতুঙদা ময়াম ইমবা) মহাক্না জুয়ারদা শেল থম্ম কংবা অসিদা চাখোক থঙ্কোকদবগী মী পুন্নমক লাইরেন মতুঙ ভাইনব-দৌনা মাগী মতুঙ ইমরি।

৩৯। লৈকাই হৌরবদি থাওজো পায়ছুনা ইমু।—(ক্ষবা ফত্তবা মী পুন্নমক্না তৌনয়ক্লবদি য়াওগদবনি) বর্দনি হায়-ছুনা হকান পুন্নমক থোঙ লোয়রে, লম্বহেম্মুনা নতৌমতা থোঁঙ হাংলুম্ম। লৈকাই হৌরবদি থাওজো পায়ছুনা ইমু হায়বা লৈবনি।

৪০। লৌরি অনৈম্বদা ঈশিং পাই।—( থুদোঙথিবা থোকপা মতমদঃ হায়দগী কিভম ফত্তনা লৈরবা অহুদনা হেম্না শৌক-চিল্লি লৌরি অনৈম্বদা ঈশিং পাই হায়ছুনা হন্দকী চাক তাঙবা অসিদ হায়দগী চাবা থকপা ফংদছুনা লৈরবা য়াথাগী ইমুংদি মক্লাবদগী থরি হেম্না য়াই

৪১। য়াখৈ হাক্তকী ঈচাওদা খোঙস্থু খুৎস্থু হাম-হৌদে, মায়স্থু মিৎস্থু তাহৌদে।—(পোং মরাং কায়রা লৈ য়ৈদা কায়বা কংহৌদবা) য়াখৈ হাক্তকী ঈচাওদা খোঙস্থু খুৎস্থু হামহৌদে; মায়স্থু মিৎস্থু তাহৌদে হায়রুনা অনীওবা লাক্লাও লৌইরকপদ সাহেপশিংনা হুন্দোক্লবা শোয়রোক নাদাদা তা তাদুনা লৈবা গাড়ী মরামদু অমত্তস্থু লৌশিনহৌদে।

৪২। যন মহৈ হৈবনা চৈবুন চায়।—(থবক হৈবা মীনা থবক ওমিন্নরিবা মরামদগী হেন্না মীবা তাই) যন মহৈ হৈবনা চৈবুন চায় হায়রুনা থবক ওমিন্নরিবা মরামদগী ঐনা থবা হুন্না খঙই, হৈ হায়রুনা অমনা শোয়রবস্থু, অমনা শোয়রবস্থু ঐনা থেং-শিন্দরুনা তৌরিবনি হায়রুনা ঐখোন্দা পওতাইদা তাইমৈ।

৪৩। শামু মমায় লামুক (নক্রপা কৌরামুক) পাকপদি য়েংবা ঙমই, তাইবঙ মীগী মমায় অনামুক পাকপদি য়েংবা ঙমদে।—(মরুপ মপাং খঙম চাঙবনা বারৌ-খিগনি হায়মা খন্দবা য়াদে) ঐখোয়গী পোৎ চুয়ায়মই হায়রুনা অঙাং অদু হেক্তা কুবা য়াদে। মপা অদু ঐগা লুনা ত্তিন্নবনি। শামু মমায় লামুক পাকপদি য়েংবা ঙমই, তাইবঙমীগী মমায় অনামুক পাকপদি য়েংবা ঙমদে হায়রুনা মপাগী মায় খুগদবা থবক তৌবা য়াদে।

৪৪। যম্বি থ্নবা যনাও য়াওই।—(মমল য়াওদা পোং লৌবদা মমল য়াম্বা পোং য়েপশিনখিবা) যম্বী খুনবদা

যয়াও য়াওই হায়ব্ৰনা ঊমিংৎপদা থরোই থ.নবা লাকপা মীশিং অহুনা ঙা অচৌবসু য়াওনা খুঞ্জিনগ্রে।

৪৫। খর কৈ হায়ব্ৰনা চৎলগা পোথাঙ পুবা।— কায়বা ফংবা য়াই হায়হুনা চৎলগা অরাবা নংবা ) নয়ান খুরুম্বগী কোলা চাগনি হায়হুনা চৎলগা য়ুম মৈ চাক্লে হায়দুনা মৈ কনবা হোৎনবদা কোলাস্নু চাদনা হল্লক্লে। খর কৈ হায়হুনা চৎলগা পোথাঙ পুবা তারে।

সনাবুন পুবী পামদে, পুন পুবী পামই। (শক ফজবা মীদি ফি শেগায়বা শেৎসবসু অহুম কজে) ইনাক খুনবা মনাওগী মচামুপী অহ্.সনানা তেকথবা মখৈ শিরবসু ফজদেদা। সনাবুন পুবী পামদে পুন পুবী পামই হায়হুনা মাবুদি ফি শেগায়বা শেৎল-বসু চাওভলগী মচা মুপীহুনা পামই।

হয়েং লম্বোইরগা লাই প্রসাদ পীজগে।—(কোম্না খুদোংচাবা ফংলগা তৌবিমল থঙনা উংকে) নঙনা হয়েং তলপ চাবা থবক তৌরগা ঐগীদমক্তা ফুরিং ফৈজোম লৈবীগনি হায়বহুদি হয়েং লম্বোইরগা লাই প্রসাদ পীজগে হায়বগুম্বনি।

৪৮। হাও অতেনবনা তা অশাংবা পায়।—.মতিক মপা চাদনা অচৌবা থুংলায় পায়বা) হাও অতেবনা তা অশাংবা পায় হায়হুনা ঐগী অঙাং অতোনবহুনা মশাদি খুটমুক্তা য়াংই কাং-জৈদি লম অমা শাংবা পায়।

৪৯। হাও ঙাওর হাওশু মৈতৈ ঙাওর হাওশু।— অতোপ অতোপ্পা মীনা ফত্তবা থবক কয়া তৌবগী মরাল মী অ.ভদা

ভাশীনবা) হাও ভাওর হাওত মৈতৈ ভাওর হাওত হায়রুদে. অমনা শয়ল শংখিবগীদু ইচাদা, অমনা ভাদু হুরানখিবগীদু ইচাদা পওক্‌দা ফ্‌বা য়াত্রা ?

৫০। হীদাকফু মৈথুম খ্‌নবা, শামু শনীঙ তোংবা, ঙামু লুকং চাবা।— (য়ীগী লুথাক চাবা. মীনাইগী থবক তৌবা) হীদাকফু মৈথুম খ্‌নবা, শামু শনীঙ তোংবা, ঙমু লুকং চাবা নহাকুদগা ঐগা লাম্বা তৌবা য়াত্রা ?

৫১। য়াওশঙ মতুঙদা অবের থুংলবা।— ।শিজিন্ন-গদবা মতম লোইরগা পোং থুংলবা) চাক চাবা তোক্লবা মতমসিদা হৌজিক্তা ভারৌ পুরক্নুনা কৈদৌনি ? য়াওশঙ মতুঙদা অবের থুংলবনি।

৫২। য়োংদসু নহা ওইরিবৈদা ফজে।—(মথোং মকপা মতমদদি মীসু শাসু ইক ফজে। য়োংদসু নহা ওইরিবৈদা ফজে হায়রুনা নবুবোক অসি হৌজিক্কু মখাং কোল্লগনি, নহা ওইরিবৈদা চাওদম শাংদম য়ায়া কজরম্মীদা।

———

# মৈতৈ প্যাউরো অমসুং চৎনবী লোন্দা

## অনাশুবা শরুক

### চৎনবী লোন্দা

### (অ)

অঙম অঙন চাবা।— ( খুদোং চাবা য়েংহনা লৈশীনবা ) অউবা খুদিং পাম্বা ইবুংঙো. ওকচরে, নহাক্কী স্নুমিৎলৈশুম অঙন অঙম চাবগী চীয়োন্দু তাজনীংঙ্গে।

অকা অকুম চাবা।— ( মায়কৈ মায়কৈদগী কাপ্রবা কংবা) মহাক্কী মোরে ললোনবগী থবক অসি কায়রে। চৎখিবদা পুশিন-খিবা পোৎকীসু শেন্দোং অহুগা থোয়কপদা পুথোয়কপা পোৎকীসু শেন্দোং অকা অকুম চারে।

অকাম পান্তা চাবা— ( বাদনা চাবা ) ঐখোয়না শুক্লনা পুশিল্লক্লগা নঙনা অকাম পান্তা চাবদি য়ারোই।

অথাক অরাও তাবা।— ( ব্রজ তাবা ) শকহেনবী কনানা করি অমুক হায়জিল্লক্লবগে ? য়ুমদা হেক হল্লকপগা অথাক অরাও তাবদোনা লরাই লেম্ফ্‌দা খাকথবীরকইবা অসিবু।

অঙাও লাই চুবা।— ( বাখল চুম্না থনবা ঙমদবা ) মাগী পাবুং ! য়ুমদা হেক লাকপগা হুই অঙাওবদোনা মী খুদিং ওল্লীন ওল্লীন চীকদোরিবসিবু করিগীনো ? অতোনবীগী বাখলদা অঙাও লাই চুরমাল্লেদা।

অঙাং উ-নবা।—( অঙাং পোকপা ) ইচাসু গী অহু ঙরাং অঙাং উনরে। মচাসুপা অমা ফংজরে।

অঙাং ওলহনবা।— ( হাংপা ) নিংথৌগী মাথংদগী সাহেব মরি অহু অঙাং ওলহনখি।

অচিন অকোম য়েংনবা।—( লৈত লায়র য়েংনবা ) লৈকাইগী লম্বী শেম্বগী মুমথোঙ খুদিংগী শেল লুপা চামা চামা থায়গনি হায়বহু অচিন অকোম য়েংনহুনা মতম থর মৈথোকপা ঐ।

অচেঙবা য়েংবা।—( মীগী অশোনবা নক্রগা অশোনবা তাঞ্জা ঙাইবা) নঙবু কল্লকপা মী য়াম্না লৈ। নঙগী অচেঙবা য়েংহুনা নঙবু হাংনবা হোৎনবা মী লৈরিবনি।

অচেৎ অকোম য়েংবা।—( শরক হোবা তাঞ্জা ঙাইবা) য়েরুবনা ঐথোয়গী অচেৎ অকোম য়েংহুনা খুদোংচাবা লৌগদবগী ঙাইরি।

অতোওবদা লেপ্পা।—( খুদিংমক্তা খুদোংচাবা লৌবা ) ঐথোয়গী প্রধান সাহেব্গি মতম পুম্নমক্তা অতোওবদা লেপ্পনি। লৈকাইগী শেনখায় থুমখায়সু মহাক্তি য়াওহন্দে অহুগা লেজ থুম য়েম্নবা তারগা মানা প্রধাম্নী হায়হুনা থর হেন্না থুংই।

অফোৎ অফায় চুবা।—( বুদ্ধি লৌশিং থোক্তবা ) মীগী মুপাদোনা মপান থর থর থোকউ। ইমুংদা নৈশিন্দুনা অফোৎ অফায় চুহুনা লৈগমু।

অয়ুক য়েন্দা মমাঙ।—( অয়ুক য়াম্না ঙনবদা ) অয়ুক য়েন্দা মমাঙদা হৌগৎলগা হকচাং শাজেন ভোগদবনি।

(ই)

ইচু খণ্ডবা।— (হৌন লিচৎ খণ্ডবা) মীয়াম তিল্লগা ফিজেৎ চাকচা লূদবা ইচু খণ্ডবগী থবক তৌরকয় ।

ইথিল চণ্ডবা।—(থৌইনশিন য়াওবা) নঙগী ঈমুং মমুঙগী থবক্তা লৈকাইগী ইথিল চণ্ডবা চেকশিল্লু ।

ইপাল লাংনা।—(ঈমায় থক্তা) লাইফ ঈয়োম্নংদা পোমজবী থয়ো কোবী লৈয়াংনা ইপাল লাংনা ফংগায়না শাৎলকপদা করম্বা খোইমুনা লৈয়াং নাম্লদা চীয়োন তৌরমদনা পাইখিব। য়াও-বগে ?

ইপাল লোকপা।—(মকম হোং হোংহনা ঙা ফানবা ঈন থাবা) ঈনচিংবী মুপী অহনা ইপাল লোক্তুনা ঈন চিংবদা ঙা য়াম্না ফারম্মী ।

ইমু ময়োন শৎপা।—(ঈরুজবা) হিদেন অমদা লৈশাবী ময়াম ইমু ময়োনশং চেংহি শখাল লাংবদো খম্বনা উরম্মী ।

ইমু নাইমু তাবা ।—(ফুন চৈনবদগী ঈ খোকপা) করিগুম লৈতবা য়াকম অহনীদমক নখোয় মশেল খৎনহনা ইমু নাইমু তানবা ফত্তে ।

(ঈ)

ঈখৌ লাংবা।—(ঈশিং খৌরাংবা) ঈখৌলাংলবা নোংগৌবী কৌবী চেন্নানা নোংদোল লাইজ ঙাইবগুম মুংশি নপাউ ঙাইজবা লোইদাম খাক য়াম্লক্লে ।

ঈথৈ চাবা।— ( ঈশিং থাদোক থাজিন বাবা ঈথৈ চাবা) লোকল্লা কুৎ কাংবা নাইদবগুম ঐখোয়গী সাহেবশিংগী লম লম খুদিংদা ইভৈত্না ইবেম্মা মরাম অমা লৈরনিল্লা চৎখি ‧চাঈখিবদা লৈকম চাকমগী অরাবা লৈতে।

ঈনুং শোরা তৈবা।— ( নোংঙাল্লকপা ) ঈনুং শোরা তৈবাল্লা কাকী লানপাও চেল্লক্লে। অঙাংশা! হৌগত্তুনা নঙগী নঙগী নথৌ শৌরো।

ঈমুঙ মহী লাঙবা।— ( ঈমুঙ মনুঙদা খংন চৈনবা) মঙনা ওন্না তৈনবা পাউ কয়া তমশিন্নুনা মীগী মতৈ মনাও খংনহল্লে। মীগী ঈমুঙ মহী লাঙনবা নারদ শাবা তৌগন্নু।

ঈ শাবা।— ( শাওগনবা ) ঈবেম্মা সুপী হায়রবসিদি ইঙবা তপ্পা তৌগবনি। সুপীনবু অহূক য়াম্না ঈ শারবদি লৈশাবী গুন্দানি হায়দুনা পাখঙ অমতা চঙলক্লরোই।

ঈশিং কৌবা। — (ঙসিগী এশ্বাং অসি থাও থর হেল্ল‧ মাল্লে, ঈশিং য়াম্না কৌরে।

ঈশিং থাইবা নত্রগা ঈশিং চৎপ । ( য়ুং হানবা ) (১) অনাবা অত্থু ঈশিং থাইখিদ্রে। (২) ঈশিং য়াকমদা য়ুঙ লৈরবদি ঈশিং চৎপা বেন্না তৌই।

ঈশিং পোবা।— ( য়ুং য়াম্না হানবা ) থম্না লাকোল কুৎলগা থক্লবদি ঈশিং পোই হায়বৈ।

ঈশিং লীকপা।— ( য়ুং লীক্লা হানবা ) ঈশিং লীক্লা চৎলবদি হকচাং মুংঙাইতে।

ঈশিংগী থাওগা তিন্নবা। (লৈমিন্নবা য়াদবা) রাখল মান্নদবা মখৈ মনাও লৈমিন্নবা যুংঙাইতে। ঈশিংগা থাওগা তিন্নবনি।

(উ)

উচী চাকহোন—(খর খয়ত্তা পুবা) ঐনা 'কবোক খর খঙ্গত্থ অঙাংশিংনা চঙশীন চঙশীন উচী চাকহোন তৌবদা অমত্ত মৈরমদয়ে।'

উচী মথুন চত্তব—(তুমিন্না লৈবা) ওঝা লাকপদা লাঙলমা অঙাং পুন্নমক উচী মথুন চঙখিরম্মী।

উত্তা ঘী হৈবা। (অরেম্বদা মাঙবা) ঐনা মাগীদমক অসুক কম্মা হোৎনখ্রিবা অসি মানা মনা থাহিদে। ঐনা মাগী কনবা তৌরিবা পুন্নমক উত্তা ঘী হৈরে।

উনম হানম কনবা—(নম হাদুনা কান্নবা কংনবা হোৎনবা) ইভা, নহানগী মুপাদো ইকায়বা য়ান্না খঙদে, উনম হানম য়ান্না কল্লি। মীনা লৈহৌরো হায়রবমক্তদা চবেঙ চবেঙ ভাঙদুনা মীগী মতুঙ পঙইন্দা ইন্নকই।

উন রাইমুক চীকপা—থোঙ্গেন অমত্তা ভাদবা) অথেঙবা অহিংনি, জগং অসি উন রাইমুক চীকপে। মতম অসিদা উরীরৈনা মপান্দা থোরকুনা থাবল মঙাল্লা মুংশি রাখলদা লুপুনা লৈরম্মী।

উরুম হরাই মত্তোন।—(য়ান্না থুনা পথবা, রাগনবা) ইচামুপী অহু মশা য়ান্না পাই। থবক অহোবা অমত্তা ওবা ওমদে, উরুম হরাই মত্তোন্নী।

উরোং থিনবা ।— (লম কনবা) মীয়ামগী ওইবা লমী অসিনা লমুক্কা শর্কোকনা থাদিলিবা অসি য়ারোইদা অসিনা খোযগী অকক্নবা উরোং থিনবা হায়না নৈ।

(ও)

ওংলৈ পারৈ তৌবা।— ( মতম লেন্নবা হোংনবা) নুংগী তৌগদবা থবক অহু লোইনবা পয়প পয়প তৌথোক্লা। ওংলৈ পারৈ তৌদুনা লৈরগনু।

ওমচাক চাকপা।— (মৈরী থোক্তুনা চাকপা, ফোঙদোক্তবা অরাবা) অহিংগী রামৈনা মৈরী থোক্তুনা ওমচাক চাকপগুম কোঙ-দোকপা ঙমদ্রবা কায়ন মৈচাক্লা মুজাগী থম্মোয়দা ওমচাক চাক্লম্মী।

(ক)

কাউ থাবা।— ( অথীঙবা থমদবা ) অঙাং অহু লাইরিক লাইগু তমহল্লে। নোংঙানবদগী চুমিং তাবা ফাওবা কাউ থাদুনা থল্লে।

কাওথ থাও ওইবা।— ( কাম্রবা ) অঙাং ওইরিঙৈদা নহৈ তম্মু হায়বসু য়াদে, অরেম্বদা কোয়চং চত্তুনা লৈয়ে। মপুন্সি অহু অরেম্বদা কাওথ থাও ওইদুনা তোক্লগনি।

কাংখোং চাইবা।— (মকম চানা তিন্নবা লৈতবা) মথানা মসা থাইনথিবা অহুদা অঙাং পুন্নমক লৈফম চাকম থঙদদুনা কাংখোং চাইরে।

কাওথুল খুৎপা।—(মচা মণ্ড লৈহৌবা) হকুবীদু মাগীনি হায়ব. কনা অথতা লৈত্রে। মহাক-হৌক শিন্দা কাওথুল মুৎলে'।

কাও চাকচা য়াথুল নাইদবা।—(চাকচা ফজদবা চারে খঙনা চাদবা) নঙনা চাগদবা অদু লৌরগা চাও। কাও চাকচা য়াথুল নাইদবা হায়তুনা মীগী শরুক খুদিংগী ফোই ফোইতুনা লৌরগা চাগনু।

কামজাও ছুনবা।—(১) শউম চাওবা (২) থাখল খল্লদনা থবক তৌবা (১) চৎপদা কামজাও ছুনগনু অঙাং হৌরক্লনি। (২) থবক তৌবদা কামজাও ছুনগনু অশোয়বা লাক্লনি।

কারল তাবা।—(ফয়ক্তা ফেঙিল্লকপা) হামেংগী থা ঙাংনরিঙৈ থাংগী দা অমুক কে'ঞ্জলক্লুনা কারল তাশিল্লকনু।

কারল মপান থোকপা।—(মথোঙ ছুক্তবা) তোম্বগা ত্রিয়গনু। মাদি কারল মপান থোকপা মীনি। মাগা চৎমিন্নরবদি ইকায়বা নংগনি।

কুমগা লাইগা পাবা।—(খুদোং চাদবা অমগী মথক্তা খুদোংচাদবা অমমু তাশিল্লকপা) কুর্মসিগী লৌউব অসিদি কুমগা লাইগা পাগ্রে। নোং তাদবদগী কত্তদুনা ফৌ থর থর পানবদু কৌজেংনা লোইনা চীকথথরে।

কুম কাংবা।—( ) নোং-চুপবা (২) চহী অমগী মঙম কানবা) (১) কুম কাংবা চহীদি লো কত্তে। (২) মাগী থনবী অদু কুম কাংদনা মচা পোকই।

কুম-থা শুবা।—( মীরোনবা মপুঙ ফাবা ) ইবোয়ুগী মচু কুম থা শুরকপা অসিদা ঐ য়ুম থাদোক্তুনা চথোকপা য়াদয়ে।

কুম নৌবা।—( মোং ওয়া তাবা ) উনওয়া তায়বদি কুম নৌই হায়বনি।

কুম পুবা।—( চহী চুপ্পা লোইদবা থবক ) নঙনা শায়িবা কি অচু য়াম্না কুইরে। হৌজিক ফাওবা লোইদরে। কুম পুহনা লৈরেদনা।

কুম্মং নাদা চিল্লিহৈঙ।—( য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা ) কুম্মং নাদা চিল্লিহৈঙ, মুংশি মশক থঙ্গ্রিহৈঙদা লাইগী খুম্না তাল্লম্লবদি ওসিগী কায়-ন মৈশা অসি লাং শয়োইদবনি।

কুদংগী শংপা।—শিবা য়ানা নাবদগী ফলহৌবা) মহাক্না হন্দক নাবসি শিরনি হায়নরবনি। লায়েংবা কমমনবদগী কুদগী শংহৌবনি।

কৈমুক শীনবা।—( য়াম্না শীনবা , মসিগী হৈ অসি কৈমুক শীল্লি।

কোই নানবা।—(পোঙবা) অমুক চারগা মুংদাং হেন্দুনা লৈরগা তম্ফাহু ওসিদি ইনাক থুনবা মী ওইখরে। কোই নান্দুনা লৈরে, মী মশক থঙখিদরে।

কোক চাওবা।—( অৱাবা নত্রগা ইকায়বা নংবা ) নহাকী লম্চং শ্যাজং লদবা অসিনা নপাগী মকোক চাওহল্লে।

কোক নোনবা।—(হায়জবা নোল্লুকপা) ঐ শিখিবা মাই অহুগা কৈদোম্মুংদা য়েক্লবদা ঐ কোক নোনবদি তৌরোই।

কোক শাবা।— ( অরাবা বাখল থনবা ) মীগী পেল খো-জিলকপা অসিদা ঐ কোক মায়া শারে।

কোকা মোনগা তাইনবা।— ( নাহুনা হৌগৎ কাওখৎ তমদবা ) ঐনা ইপান কুরিটিও অসিদদি ঐগী মী ভাক্তা ওাই অহুগা হল্লেং ঐনা কোকা মোনগা তাইনরবা মতমদদি ঐগীনি, হায়বা কনাম্ম লৈরোই।

কোক্তা খুৎ হাপ্পা।— ( ওমথৈ লৈতনা রাবা ) মপু-রোইবা লৈতভৈদগী মুপী অহু মকোক্তা মখুৎ হাপ্‌না বানা থাওলে।

কোকথক্তা ব্রজ তাবা।— ( পুবা থাংবা ওমদনা রাথল থনবা ) মচা শিল্লে হায়বা পাউ তাবদা মমা অহু মকোক্তা ব্রজ তাবগা মামনা বারম্মী।

কোক হাইগৎপা।— ( চাওখৎলকপা ) মহাক্তি য়ায়া নোম্বা কনবা মীনি। মচা ফত্তবদগী মকোক হাইগৎপা য়াদহুনা লৈরবনি।

( খ )

খদাও মথা থাবা।— ( মীথা পোনবা ) মীগী খদাও মথা থাহুনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা ফৈ।

খরুং মফম চাদবা। ( খুভম চেত্তবা) ঐগী ফিতম অসি হৌজিক খরুং মফম চাদবগা মায়রে। কদাইদা চৎলগা করি তৌগদগে হায়বা অরেপ্পা লৈত্রি।

খাবৈ খরা শাবা।— ( ওৎখায় থিনগায়বা ) ইমৌ মুপী অসি ওহোক্লা ফংখিত্রে। মানা খাবৈ খরা শাহুনা ঈমুংদা লৈবা মী পুম্নমক অমগা অমগা মুংশিনহন্ত্রে।

থুকউ শেনবা।— (চেকশিল লৌয়াং তৌবগী য়েন্নবনা নাওগী অচেঙবা য়েংহনা লৈরে নহাক থুকউ শেনবা কৈ।

থুং কনবা।— (শাগৈ চাওবা) য়ামথোন থুং কনবা ঈমুংগী মচানি।

থুং চনবা।— (থুহ্নম চনবা) থুং চল্লবা, য়ক্লবদু নাহোক-হনবা হোৌনদে।

থুং চাওবা।— (অয়াম্বা পাম্বা) ইমৌহুগী অহু মথুং য়াম্না চাওই। চাক এক্সাং থোংবদা য়াম্না য়াম্না থোংহনা অয়েঙ্বদা য়াওহল্লি।

থুং চাবা।— (মী অমনা থোংবা চাক চাবা নত্রগা মশাগা চানবা) (১) মাদি অতোনবা শাগৈগী মৌনি, মথুং চাবা য়াদে। (২) লম চংথাকপা মতমদা নথুং চাবা চৈ অমা পায়গ-দবনি।

থুত্তা চাদবা।- (থুদোং চাদবা) ওয়াংদি থুত্তা য়াম্না চা থত্রে। য়াম্না থুনা থবক অমা চৎলগা লখীদা গাড়ী য়াদহনা শেম্নিৎতৈদা থবক নংত্রে।

থুং থাবা।— (১) থবক শুবা লেপ্পা (২) মায়রোক্তা থবক তৌবা। (১) ঙসিদি থবক শুবসি য়াম্না বারে। থুং থারগে হয়েং অমুক তৌরগে। (২) ঐগী কেয়ানিনা ঐনা হায়বা ইগ্রবসু ঐদি মাগী মথক্তা থুং থাবা তৌরোই।

থুং থিংজিনবা।— (অতোপ্পগী থবক্তা চৈরক থওআ য়াওবা) মীগী ঈমুং মহুওগী থবক্তা থুং থিংজিন্নুগদ্রু।

খুং থুম্বা।—( লোং থাবদা হৌগনবা ) মাদি মখুং থুমই। মীনা থাবা লোয়ত্তি হৌক্তা হৌই।

খুং থোক্পা।—( ফুনবা ) পাখণ্ড অনী অহু অহানবদা মরৈ রৈৎনবশ্বদগী শাগুনবক্তুনা মমৈদদি খুং থোক্‌প্র।

খুং লিংবা।—(খুংপু শেম্বা. শাগৈ চাওবা (১ নহাক্কা থংনখিবা মুপা অহু নঙোন্দা লমন শিংনবগী মক খুং লিংহুনা লৈরে। (২) মহাক খুং লিংবা ইমুঙগী মচানি।

খুং লৌথংপা।—( ইম্বোকউরগা অমুক হন্না খুং চাবা) ইমৌ মুপী অতোনবীহু ঈম্বোক্তুনা মখুং চারুরবনি। লায়ে হায়-জবদগী ঙসিদি মখুং লৌথংপিরে।

খুং লেকপা।—( ১) চাবা ফংদবা (২) খুংপায় চেত্তবা (১) মী অমগী চাক্তুদা নখোয় তরামুক চারবদি নখুং লেক্তুনা তোকপা তারে। (২) থাও লিক্লি অহু চেংনা পায়হুনা পু। নখুং লেক্তুনা থাদরবদি কায়গনি।

খুং শাংবা।—( হুয়ানগনবা) মাগী মচা মুপাহু মখুং শাংবনি, পোৎচৈ মাঙগনি চেকশীল্লু।

খুং হাম্বা।—(খুত্তা পকহোদবা ) থর তোংগান্না হায়হুনা মোয়রেলগী কা ভপারি খরা পুরকই। লাইবক থীবদগী লম্বীদা কইরা কাম্বনা লোইনা লৌহোয়রে। ঈশাখৈদা খুং হাম্বহুনা হল্লক্ক।

খুদোম্বী উৎপা।- (পীজনবা) মঙনা ঐঙোন্দা খুদোম্বী উত্তুনা কদি তৌরনি? নখুং অহু খুদেকউরাক্ত

খুরক্তা লৈথবা।—( আরেম অপা ) নঙগী অঙাং মচা অংথরা চাবা অদুদি খুরক্তগী লৈথবা চাবসু চাশিল্লে।

খুংলৈ থুনা।—( তাপ্পা য়েংহনা থুনা থবক তৌবা) খুংলাই পাংবা নহারোলশিংহু সিকায় লাক্লে তাথদা খুংলৈ থুনা মকম অদু থাদোক্কুনা চংখিরম্মী।

খুং-শ্যা তেকপা।—( থবক তৌবা ঙমদবা ) ঐগী থবক শুরম্বা ভোমচানা হন্নক ময়ুমদা চংপ্রগা হন্নক্কবা অসিদা ঐ খুং-শা পুমতেক তেক্লে।

খোহরেন মশা পানবা।—(মীয়াম কাহু কারল চংপা) কাংলৈবুগুদা লিলা শায়গনি হায়রহনা মী পুম্নমক লিলা য়েংবা চংপগী খোইরেন মশা পায়রে।

খোংদনা চীকপা।—(মবুক কত্তবা মী মহাক্তি মপান্দনা অফ শাহনা ভুমিল্লা লৈবা অহুগা মমুণ্ডদনা মী হাংনবা শানবা খোংদনা চীকপনি।

খোক মতোন্দা ফিরাল হাইবা।—( য়ায় রাবা ) ইবোমচাসি কুমশিদি খোক মতোন্দা ফিরাল হায়রবদি। মমা লৈথিদবগী রারিলে অহুদা ইমুঙ্গা শনাবা অমুক য়াওরকুনা য়ায়া রায়ে।

খোঙ-শা চাবা।—(চংখাক চংশীন থুপৌংচাবা ) খোঙ-দা চাদবা লমদা ইচা ইগু থাজনীংদে।

খোঙ য়াম্বা।—( কোয়চং চৎপা ) দামুদি মখোঙ য়াম্বা মীনি, অয়ুক ওয়া ময়ুমদা চন্তু,বদি উম্নবা ফংলোই।

খোন নৌবা।—(খোৎনা-নৌনা ঙাঙবা ) খোন নৌবা মীদি মবুক লুবনি।

খোন কনবা।—(শাওহুনা কয়া ঙাঙবা) নঙদি, ইবুংঙো ইবেম্মা হায়হুনা নিংথিজনা হায়রিভৈদা যায়োই, খোন কনবা ঙাইরিবনি।

খোন রাওবা।—(রাঙাও লদবা ) মীরাম ভিন্নপা খোন রাওগনু. মীরক ভিন্দবা মী মাল্লি।

খোয়জা থাদা।—(অঙাং থাওদা) অঙাং লৈতে হায়হুনা রাজরম্বা মায়পাকপী অহু ঈশ্বরনা চানবীরমাস্নে, খোয়জা থাদা ভাওজিঙ মরু হুনখরে।

খোয় শীকপা।—(শাওহনবা) মীশী খোয় শীকপা রা হ.য়গনু।

খোঁ পোঙবা।—( রা চাওনা ঙাঙবা ) ওয়াংঙা নিহুনা চারম্ব মী অসি ওসিদি শেল থুম থর পায়রহুনা রা ঙাঙবদা মখোঁ পোঙলে।

( ঘ )

ঘীথীদ কুপ্পা।—(ময়ল য়াম্বা পোত্তা খুপশিন্নগা ময়ল লৈঙবা পোত্তা কুপশিনবা) নঙগী ইংখোল লমতোপ্পা লৈবা উ রা অকংবা শম্বলশিং অহনা মীনা হোন হোন্দুনা থাগ্রে অহুগা নঙনা পান্মুই হায়হুনা হন্নাম মখোক অকংবহু মৈ থানম্ম রুক্লি। ঘীথীদা কুপ্পী থবক অহু ভৌরহু।

( ঙ )

ঙক কনবা।— (হায়ন-তায়বা য়ায়বা অঙাং অসি মঙক কনগ্রেদা, হায়ন তায়বা ঙকয়া য়াদে।

ঙক নোনবা।— (নোম্লুকপা) নখক থোংবা ওবা গুরুগী য়কময়দা ঙক নোয়া চৎকদবনি।

ঙক হাইগৎপা। - (মী উশীঙবা ) মীনা হায়রগা চীহক্কা খুম্মীনে। মঙক কয়াদা হাইগৎলিবা অঙাংনো।

ঙরাংতগী ঙাখা।— (অঙাং ওইরিবা) নঙগুম্বা ঙরাংতগী ঙাখা নঙনা ঐঙোন্দা অহুগুম্বা উম্বিং থরোইদবা রাঙাঙ তৌরকচ।

ঙসি হয়েং তৌবা । - ( হায়নবা মতম য়ৈথারুবা হোৎ-নবা ) ঐগী শেল থর মীঙোন্দা তোনখিবহু ঙসি হয়েং তৌহুনা লৈরে, থৌবা থোক্লে।

( চ )

চঙশী - শিবা।—(মরাম মমাঙদা ইফোং ফোংম ইকায়বা নংবা) রাধাগী মচানুপা অহুনা হুকান্দগী শেল হুরাম্লি হ.য়হুনা ১ য়াম চঙহুনা কৈথেল ময়ামদা ফুখিয়ে রাধাহু মরাম মমাঙদা চঙশী শিরে।

চঙহাং হাংপা।— (মরাম মমাঙদা খুদঙ্কা ইফ য়মা পীবা) পান হুকান কঙী মুপী অমদগী লুপা ১০ থাদরগা পোং লৈহনি। অহুদা মাগী লুপা তরা থম্বা অহু মাঙখরে, মহু ঐনা পৌবনি হায়হুনা হিংনম নমহুনা ঐবু মীরাম মমাঙদা চঙহাং হাংলে। শাওমনগ্রহুনা মুপী অহু ঐনা থর ফুরয়ে।

চাকথাও ককপা।—( চাবা ফংহন্দবা ) মুমিৎ মডানি হন্দ তৌবা হায়রবসি নোংমগী চয়া তান্দুনা চাজরিবা মীগী চাকথাও ককপনি।

চাখুম খোক্রপা।—( মুপীগী থাগী খোঙকাপ লাকপা মতম) মুপীগী চাখুমথাকপা মতমদদি মপুরোইবগী সেবা তৌবা মাদু।

চাখুমদা হুই চঙবা। ( লুনা চায়া তৌদবা ) ঐদি য়াখে-খোয়গী য়ুমদা চঙনীংদে। ঐ চঙখিবদা মখোয়গী মমানা ঐবু চাখুমদা হুই চঙবদোনা তৌই।

চাকশীন নাবা।—( করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা শরক হোদনবা মী শিঙ শিন্নহুনা চাক চাবা ) হুরানবহু ফারগা লৈকাইগী মীশিংনা চাকশীন নাহুনা শঙলম্মী।

চীন কনবা। - (ভাঙগনবা) মাগী মমৌহু মচীন য়ায়া কনবা মৌনি।

চীন কাওজে নানবা।—( চীন্দা পাওদানহুনা ভাঙনবা) হুম্নরগা লৈতুম রাজে হায়হুনা চীন কাওজে মানহুনা লৈরবদি ফজা ভাবা ডয়োই।

চীন চোৎপা।—(চাবা ফংবা) খোঙ চোংলগা চীন চোংলি।

চীন থৈবা।- (মহাও থুডবা) ঐ হুকচাং ডুমগ্রে, চীন অসি ঈথৈ থৈরে।

চীন নুম্বা।—( চীন লৈ শোংনবা করিগুম্বা থর চাবা ) চাক তোকপগা হৈরা চীন নম্বা কৈ।

চীন পুথবা।— (কনাগুম্বা অমদা শোয়রদনা তৌগে হায়দুনা হায়দোকপবা ) ইচা মুপী অসি মাপী মচা মুপাদা পীগে হায়দুনা চীন পুথরুরে।

চীন পোম্বা।—( অশাওবা উৎপা ) মাদি মপোৎ য়াম্না লীকপনি। মাঙোন্দগী পোৎ অমতং লৌরুবদা মচীন হেক্না পোম্বনি।

চীনখা থাবা নত্ত্রগা খদাঙ মখা থাবা।—(মীখা পোনবা) মীগী চীনখা থাদুনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা কৈ।

চীনকেল ফবা।— ( অয়াম্ব অথুম ফবা ) মুপীনা চীনাকেল ফবসি ঐদি পামজদে।

চীনবান কাওমৈ খুবা।—( মৈথু থকপা ) লোংঙানবদগী মুমিৎ চুপ্পা চীনবান কাওমৈ খুদুনা লৈরবদি হকচাং অহু ফররোই।

চুহি মরুপ।— (য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ) তেম্বগা ম্লাংবগা চুহি মরুপ্নি। মুতিগী চারে চামিন্নৈ, চৎলে চৎমিন্নৈ।

চেঙ লোইবা।—( পুন্সি থম্বা ) মী খুদিংমক মাগী মাগী চেঙ লোইরবদি লোইনা চৎখিগদবা ঙাক্কনি।

চৈ কাবা।— (দাউ য়াবা কুমসিদি মহাক চৈ কাপ্লি। তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংমক লোইনা কান্নৈ।

চৈ থাঙবা। (১। ফুনবা চৈ শেম্বা ২। ফুবদা নাদবা)

১। অফবা মীদা শাওদে চৈ থাঙবা মীদা শাওই।

২। অঙাংদি ঙাইহাক লৈতনা ফুরবদি চৈ থাঙবনি।

চৈ চাবা।— (চৈনা ক্‌বা) অর্থাৎ নঙ্‌ নচীন থীগদ্রু চৈ চাগনি।

চৈরম চাবা।— (শিল্লম চাবা) লৌ মৈবদা চৈরম চাত্রবদি থবক য়াঙশীনবা য়াদে।

চৈরমদা থোংথোঙ শাবা।—(ফুকমদা নৈবা) এনা তৌ হায়বদু তৌগদবনি। লম হেন্দুনা চৈরমদা থোংথোঙ শায়বদি ননম নাদুনা তোকনি।

চৈশুনা থোন্বা।—(নমদুনা কিহল্লগা মী থোন্বা) হৌজিক্কি চৈশুনা তোং থোম্বা চৎনদরে।

(জ)

জাংকী থুনু।— (অকবা থায়াগী মচা) লানকমদা মরীল কবদা গুর্থা লানমী হায়নয়িবনি। বহাদুরসু জাংকী থুনুমি। শিবা কিদবা সিফাই অমনি।

(ত)

তরং লাইজ শিন্নবা— (পি তাবা, কপ্পা) মচা কায়নরবী মমা অদুনা মিংলুদা তরং লাইজ শিন্নদুনা মচা কৌদুনা কপ্লম্মী।

তাশোন ওইবা।— (থম্মোই শোকহনবা) মাগী মিৎচীনা ছাইকেং য়েংলম্বা মুংশি মিৎয়েং অদু মুজাগী থম্মোইদা তাশোন ওইহৌরে।

তিন্ন শীৎপা।— (হুম্নোইবা উৎপা) নঙনদি নঙনা মফরে হায়না চৎলিবা অদুগা মীনদি রঙ উবদা তিন্ন শীৎনরে।

তিল য়োথবা।— ( অমুক ইয়া থম্বা ) নঙনা ভাংলিবসি চুম্ব। লানত্রা হারবত্থু তিল অমুক্তং য়োথরগা ভাঙবা কৈ।

তিলাং খোয়দাবা।— ( থবাম্না পাম্বা ) প্যাখঙ অহনা মশক ফজবী নৈশাবী অহুবু তিলাং খোয়দারুয়ে।

তীং শোকপা।— (থম্মোই শোকপা) মীগী তীং শোকপা রা থক ভাঙফদে।

তীন হোবা।— (ওনীঙবা, পামদবা) নঙ্গাহু মেংনীংদ্রে চৎখ কাপ্পো, নঙ উবদা তীন হোই।

তু উরকপদা।— ( অমুক য়াম্না ঙনবদা ঐদি হায়ং অমুক তু উরকপদা হোগত্তুনা থরক অমা চত্তবা য়াদ্রে।

তুবুম নাম্ম তেকহন্দবা।—(অশোক অপন নংহন্দবা) ঐ নৈরিঙৈদা ইচাগী তুবুম নাম্ম তেকহনগদবা করাগী মতীক নৈবগে?

তুমমদাই পাম্লোবা।— (থবক তৌরগা থবকী মহৈ চাবা নংনবা) চহী ছুক্ষুতরা শুরবা মতংদা শামুনা মচা মুপা অমথক ফংজবা অসিদি তুম্মমদাই পাম্লোবনি।

( থ )

থবাক লোংনা য়াব।—(অকিবা নৈতনা মায়রোঙ য়াবা, মেরুবনা ইতাওগী তুবুম নাম্ম তেকহনবা ভল্লোই। থুদোংথীবা থুদিংদা ইতাওগীদমক্তা ঐনা থবাক লোংনা য়াগনি।

থবাক য়ৈবা।— (অৱাবা ফোঙদোকপা) তাদগী মচা মুপী অমা গাড়ীনা শোক্লু তাবদা মী পুম্নমক থবাক য়ৈনরম্মী।

থম্নাদা পকপা ঈশিংগুমা।—(তোংবাম চৈবক, য়াম্না রাখা খাঙবা) লৈওইবগী পুলি অসি থম্নাদা পকপা ঈশিংগুনি।

থম্মোই কনবা।—(মিতুংশি খঙদবা) মহাক্তি মচা শিবা কাওবদা কণ্ডবা থম্মোই কনবা মীনি।

থম্মোই পেংপা।—(মিতুংশি পোকপা) নঙনা কপশিনা লাওশিন্নরগা ঐগী থম্মোই পেংকদবা নত্তে।

থরক হুনকংপা।—(পাথংপা) শোয়োক্তা অঙাং অমা পাড়ীনা তক্লে হান্নবা তাবদা মচা লৈবী মন্না প্রমনক থরক হুনকংলম্মী।

থরাই কংপা। (অকবা থবক্তীদমক থরায় খাবা) মরৈ-বাক্তাদমক থরায় কংপ্রবা অথোবশিংগী মোংফমদা মীয়ান্না হৈ গু কংখি।

থরাই থুবাক্তা হাপ্পা।—(য়ান্না রানা) য়ান্না রানা থরায় থুবাক্তা হাপ্পনা ঐনা চীংথুংদা থবক তুহ্না তাল্লকপা শেনহু লম-খাঙদা ডাকুশিংনা লোইনা মুলহৌরে।

থরায় মুংপা —(শিবা) নঙনা ঐঙোন্দা উশিং থরাই-দরা তাঙলিবসিবু নঙ নথরায়হু মুংনীঙলব্রা ?

থরায় মংপা।—(হাংপা) ঐঙোন্দা হায়জবনা ফব্রা নত্রগা নথরায় অহু মংপনা কব্রগে

থরায় লপ্পা।—(পুক্নীং চঙবা) নঙনা থরায় লুপ্না তাক্নিবা ঈশ্বরগী নামদো কান্নদবনি, নান্না চাক পুরক্লোই। অহুগী শরুক থবক কন্না গু।

নাকোং শেংহোকপা।—(ভানবা খোঁয়াং ভৌবা) ইপু বারী ফুংঙাইবা অমা লীলে মনাকোং শেংদো'য়া।

নাকোং থাইচিনবা।—(ভানীঙদবা, তাবদা ফুংঙাইভবা) মাগী মপাওহু ঐহোন্দা অয়পম্ভ নাকোং থাই চিন্নি ভানীঙদে

নাখোং শাবা।—(রাখল ফুংঙাইভবা) নঙগী ননীঙ থুংদ-বগী য়াকং অহু তাহন্মুনা ঐবু অমুক নাখোঙ শাক্লগহু।

নাতোন চাওখোক্লপা।— অথাউবা উংপা) মাদি মপোং য়ায়া পান্মুবনি। মংঙান্দগী পোং অমতং হেক লৌক্লবদা মনাতোন হেক্লা চাওখোকয়ু।

নাদা হাপ্তবা।—(হায়বদা লৌনীংদবা)ঐনা ভাকপসি নহাক ননাদা হাপ্তে হায়বা ঐ থক্কই।

নাম্মা হোরংপা।—(নাকল অমা বাংপা মুপী য়াওদনা মুম-পানবা য়াদে। পাপ্পানা মুম পানবা নাম্মা হোয়্বংলি।

নামৈ চন্ননা শম্বা।—(য়াম্না লায়রবা) নামৈ চন্ননা শম্বা ধীমু রাঙাওদি লূপা লাখ লাখ পায়বদোনা ভাঙই।

নারক শাবা—(মী থংননবা ইনশীনবা: মীগী ইমুঙ কায়ননবা মতুদা অমা হারজীন মবাদা অমা হায়জীন ভাক্লনা নঙনা নারক শাবসি তোক্লো।

মুঙদা ঈশিং চাইরা।—(কায়দবা) অনাবহু মতম লোইরে হীদাক ভৌবা খুদিং মুঙদা ঈশিং চাইবা ভারে।

মুঙ মুংপা।—(খোং থাকপদা কুইনা চঙবা) নঙগী চাক অহু লোইত্রেদা, যমা কুইরে, মুঙ মুংলত্রা কর্মিনো?

নুংশিৎ খাইবা।—(মোইু খোকপা) পুক শিল্লবদি নুংশিৎ খাইদোকপা অমসুং খোঙ হামদোকপা কৈ।

নুংশিৎ চঙবা।—(হিংচাবী চঙবা) অনাবহু নুংশিৎ চঙলে।

নুংশিৎ নুংশা লেপ্পা।—(লেঙ ওত্তবা) ঙসি অসি অসুক্কী মতিক শাথ্রে। মী অমতা মপান থোকপা ঙমদরে। নুংশিৎ নুংশা চপ লেপখ্রে।

নুংশিংকী মাঙ থাবা— (খ্বাম্না য়াঙনা চংপা) খম্বা নোংবান লমজেন ভাল্লবদা খম্বনা নুংশিংকী মাঙ থানা চেনখঙজকুবা নোংবান্দগী হেনগংখিরম্মী।

নুমিৎ ঙাইবা।— ( থোক্লগদবা মতম ঙাইবা ) অনাবহু মাইবা খুৎ থাহুনা নুমিৎ ঙাইহনা লৈরবনি।

নুমিৎ ময়ুম চঙবা।— ( নুমিৎ তাবা ) ঐথোয় পুম্নমক নুমিৎ ময়ুম চঙদ্রিঙৈদা য়ুম য়োনবা চৎশি।

নুমিৎনা চীংয়া তম্বা।— (নুমিদাংয়াইরম) নুমিৎনা চীংয়া তম্বা, তনয়া কোৎত্রি চেনবা মতমদা লৌরাঙ শুরম্বা কয়াম্ব ময়ুম মায়কৈ পাংলক্রে।

নুমিৎনা নোংচুপ্তগী থোকপা।— ( ওইথোক্তবা থবক) ঐখু নঙনা কবদি নুমিৎনা নোংচুপ্তগী থোক্লকপা ঙমগদনি।

( প )

পাং চাবা— চহীগী ওইনা পাংশেল থীরগা পাঙগী ঙা ফারগী থবক তৌবা) হৌখিবা চহীগা থরুঙ পাং চাবদা য়াম্না শেল য়াম্না তোংখ্রে।

পাম্বোম তিংবা ।—(খোনা উৎপা, মীচং চঙবা) ঐগীদমক্তা পাম্বোম তিংবিনবা মী অমত্তা লৈত্তে।

পীক্কা মরুম কাবা ।— পীক্কা অক্লাওবা শাবা) মাগী মচাদু খুকউমক্তা রাংই, রাঙাঙদি চাওনা চাওনা ঙাঙই। পীক্কা মরুম কাবা অঙাংনি।

পীশুম শুকপা ।— (অশাওবা উৎপা) নঙনা চৎলিবা শারুং অদিদা নপানা পীশুম শুক্লিবা অসি নঙদি খঙদে।

পুন্সি তোল্লোইবা ।—(মতম কুইনা হিংবা) ইচাদি মুংঙাই য়াইকনা পুন্সি তোলোইনা লৈবা ঙইসনু।

পুন্সি মত্তোন লোম্ব' । - (শিবা) ডাক্তর কমল নহা ওইনা পুন্সি মত্তোন লোমখি।

পুন্সি লৈপুন শেম্বা ।— (লুহোংবা) লৈশাদী অহুগা পাখঙ অহুগা হুরেং পুন্সি লৈপুন শেম্নগনি।

পু-পাং শুদবা ।—(মপা নত্রগা মমা লৈত্রবা) পু পাং শুদবা অঙাংনা লাইরিক লাইও নিংথৌনা তম্বা ঙমদে।

পূক নাবা ।— (রাখল মুংঙাইতবা) মীগী মপূক নাগদবা বা খক ঙাঙকদে।

পূক লুবা ।— (মশাগী রাখল মীংঙান্দা খঙহন্দবা) মাদি মপূক লুবা মীনি। নঙনা কনা তক্লুনা হংলবসু হায়দোকপা রাদবা রাকম অহু কৈদৌনুংদা হায়দোক্লোই।

পূক শিবা।— ( পূক্লীং পেনবা )ন বাহৈ নয়রচৎ অহু কজ-রবদি ঐগী পুকসি শিগে অহু নত্তহনা নওক কন্দুনা অহুম লৈরবদি ঐনা নওবু কৈদৌঙ্গুংদা ওাকপীরোই।

পূকথা লিনথা থাবা।—( মলোম থম্বা) ঐনা ওঝাগী মফমদা লানথিবা কয়া বাওরবসু মহুগীদমক পূকথা লিনথা থাবিগম্ন।

পূক্লীং অনী লোওবা।— ( অতোপ্পা অমা খন্দবা ) ঈশ্বরগী নাম তাবা মতমদা পূক্লীং অনী লোম্বগম্ন।

পূক্লীং চপ মুংবা।— ( অরেপ্পা বাথলদা) নওনা থবক অসি পাওথোক্লগে হায়না পূক্লীং চপ মুংনা নীওরবদি ঐনা নংগী নত্তেং পাংগনি।

পূক্লীং লৈতাদবা।—(বাথল পালেপফম খওদবা) নখোয় ময়ামগী মরক্তা পূক্লীং লৈতাদনা লৈগদবগী শরুক য়ুম অসি থা-দোকুনা চংখিবনা হেম্না কৈ।

পূক্লীং হুবা।—(শুমহৎপা) লৈকোন অসি য়েংবদা পূক্লীং হুই।

পেনামুক লায়রা।— (য়াম্না লায়বা) রিক্সো থোববু কয়া-রাম্না লুবা পোৎনো, নওনা অহুক রানা থল্লিবহু ? মহুদি পেনামুক লায়বা পোৎনি।

(ফ)

ফি শেত্তবা।— (ইকাই খওদবা, অকাম অপেৎ ওাওবা) মীয়াম তিল্লগা ফি শেত্তবগী বাঙাঙ তৌগম্ন।

ফি শেয়বা।—(ফ্ননবা শেম্‌শাবা) পাখঙ অমী অমা অহান-বদা চুমইগা মাল্লিগা মরৈ য়েৎনরম্বদগী মমৈদা খোন কনখৎনরম্বু না ফি শেয়গ্রে।

ফিরঙ্গী লমলৌ।—(লৌনম তৌহ্নবা লৌবা) শোয়রোককী মাকলদা তোমালখোয়গী হংখোয়গা তাইনবদা লমহাক মচেৎ অমা লৈবত্নু মখোয়না চহী খুদিংগী শম্বল খাবদা খর লৌশীন লাংখোং তৌবদা খর লৌশীন তৌহ্না ফিরঙ্গী লমলৌদা লোইনা খোপচীনগ্রে।

ফিরাল মমায় চুম্বা।—(তৌরু তৌরুবদা কায়বা) মাদি হুন্দক মরকসি ফিরাল মমায় চুমখৎলকই তৌরু তৌরুবা খুদিংদা লোইনা কায়ে।

ফুরিংখাও চোলহনবা।—(শেল পীজবা) করিগুম্বা লৈতবা বাখাক অহূগী দমক খৎনহ্না কোট কানবদি যন্তে অঙম্বগী ফুরিং-খাও চোয়বনি।

(ব)

বামোন ষণ অশানবা।—(হেজিন্না থবক শিজিন্নবা) খুংগুমদি নোংমদা লুপা কুনদমক পী অহূগা থবক্তা নোংঙাংবদগী ময়িং তাবা কাওবা লেপ্তে। নখোয়না ঐবু বামোন ষণ অশানবা ওইনা খল্লব্রা?

(ভ)

ভাবনা দলাল শাবা।—(রাখলদা মুংভাইবা) ওইখোক্কদবা থবক তৌ। ওইখোক্লোইদবা থবক্তা ভাবনা দলাল শাহ্না অয়েম্বদা মতম মাঙহনগন্নু।

ভারীগী থবক মেলাগী থৌদো।—(য়াম্না য়েম্লাঙ ক্লাব্রবা)
ভরাংগী চাক চানবত্থদি ভারীগী থবক মেলাগী থৌদো ত্তাঙ্গে। পঙথোংদা থোংজিন্দুনা পঙলেমদা লেমগ্রে।

(ম)

মউন থোকপা।— (অকনবা দগ্তি পীবা) মহাক্না পুথিবা শেল অহু শিংউ হায়বা য়াগ্রে। হয়েং শিরগা মউন থোক্লুনা লৌগে।

মং থিবা।— (শিকম থিবা) ঐনা নঙবু ভাইবা কুইরে। ভসিদি নথোঙনা থোংনা মং থিবা লাক্লেদনা, লেম্না থাররোই।

মং শঙবা — (কনা গুপ্না অমগীদমক অতোপ্পা অমনা য়ুম পান্দনা থাঙবা) নঙনা পামজনা চুপা অহু লাইবকথীবদগী লৈথিদরে। শিথ্রবা মাগীনমক নঙনা য়ুম পাল্লু য়াদ্রিবা অসিবু নহাক মং শঙহনা লৈরগে হায়রিব্রা ?

মকু হুবা— (মরোল মরাং ভাকপা) মচা মুপানা মীগী মরা লৈবা মুপী চেনশীল্লকুনা নবীন অহু শেল য়াম্না ভিংলে। মচাহুগী হাক্তক্লা মহাক মকু হুয়রবনি।

মকে শেম্বা।— (শক শেম্বা, কেবা) মহাক্তি মুংভাইবা য়াররোই। মাগী মুপী অহু নোংঙানবদগী মকে শেমহনা অহুম লৈরে, থবক অমত্তা ওদে।

মথুৎ চাওবা - (থুবাম চাওবা) চাক য়েঙ্খাং থোংবদা নথুৎ চাওগন্নু। লেম্নগা চাবীনবা লৈতহনা অরেম্বদা মাওগনি।

মখোঙ শেংদবা।—( হৌরককম চপ চাবা খঙদবা ) মখোঙ শেংদবা গাড়ীদি লৈরম্লু। হুরানবা গাড়ী ওইরম্লবদি দশা তাগনি।

মঙ তম্বা।—( মঙদা থেল চাং য়েংবা ) নহাক হয়েংদি মুন্না চন্না শ'ম্নগনবনি। ঙসি অহিংদি ঙন্তানা মঙ তমহুনা তুম্মুরো।

মঙলান্দা তাওবা।—( বাখলদা মুংঙাইবা) ওইথোক্রোই-দবা থবক্তী মঙলান্দা তাওহুনা অ'রম্বদা মতম মাঙহনগমু।

মথি কোৎবা—( লৈ হ.য়বা ঊৎলকপা ) মুংজেং পুম্রিদা পাখঙবা মথি কোংলকপদা মী পুম্নমক করি থোক্লগবা হায়হুনা য়ানরে।

মথুন ফুনবা—(রাস্ত পাদবা ঐশু ফনা কম্না শুক-নোমজবনি অহবু ইমুঙ অসি মথুন ফুনবা শুকঙম ঙমদ্রে।

মনা পায়বা য়াদবা।—(য়াম্না শাওবা) কনানা করি হায়-জীল্লুরবনো মৈন্যাসিং অসি ঙসিদি মনা পায়বা য়াদরে।

মনাং নত্তনা শঙ্গোম চাবা।—(হৈনদবা থবক তৌবা) মনাং নত্তনা শঙ্গোম চাবা হায়হুনা অমুকসু কা চাদবা মহাক্না কানৌ চারুহুনা মকোক ঙাওহনা তুরেদো।

মন্নুঙ কনবা।—(হায়ন-তানবা য়াদবা) অঙাং অসি কন্নানা মন্নুঙ কন্নীবনো? কপ্পীংঙাই থর কপ্পবদি তোক্রোদনা, নত্তে শা'ল-বদি অমুক ক.রকনি।

মনুঙ মতম ওইবা।—(নুংহোংবা মায়বা নত্রগা মুপীগী মুমপানবা মায়বা চহী মতাং) মুপীদি চহী তরানিপাল ওত্রবদি মনুঙ মতম ওইজ্রি, থাক যোনজবা য়াদে।

মপান চাবা।—(মতেঃ ফংব) মাদি মচা মবাগী মপান চাও হায়বা লৈ:ত।

মপান থোকপা।—(য়ুং হানবা) লগী ময়ায়দা মপান থোকচীনগনু।

মপান ফরিঙে।—(লুংঙাই য়াইফরিঙৈ মপান ফরিঙৈ, নহা ওইরিঙৈদা মী খুদিংমক শিনগনি হায়বা খল্লুদে।

মপান শাবা।—মপান থোঙদা মানবা ঊয়াং তৌবা) ইন্দকী ভোং অসিনা বীরমনিদা ভোং পীগনি হায়তুনা লাক্লিবা মীয়ামসি মপান শাবা ওাকনি। চাথোক থক্তোক্লগা ভোত্তি পীরোইদবনি।

মপোকথোক ময়া লাংবা।—(অহল ওইরকপা) নপোক-থোক নয়া লাংলবা মতম অসিদা মু থকুনা ঙাওরগা কনানা নঙবু ব্যবহার তৌবিগনি।

মবুক চাওবা।—(য়ায়া চাগনবা) ইথেম্মা, নবাও মুপা অহগীদি চাক এঙ্গাংহু বয় য়ায়া হায়, মাদি মবুক চাওবনি।

মবুক চুমদবা।—(পুকচেল শেংদবা) মবুক চুমদবা মীদি কনানমু থাজদে।

মবুক থোৌবা।—(পূককচেল খঙদোরকপা হংবা) লুহোংগদৌরিবা মুপী নচা অমু মশানা মানিংবা মানিংদবা মবুক থোদোকুনা হংউ।

মমি শান্নবা।— (হকচাং মহেং তাবা) নংগী নচানুপী অমু নাকরবা করিনো হন্দক মরক অসি মমি ইশাম শান্নীদা।

মায়থোঙ মকা লাম্বা।—(পুক্নীংগী মুংডাইবা মায়থোঙদা কোঙদোকপা) ইনাওদি ঙসিদি মায়থোঙ মকা লাম্না উইদা।

মায়থোঙ মকশীনবা।— (পুক্নীং মুংতাইত্তব) ইচাদি মায়থোঙ মকশীন্নবা কমত্তুনডা লৈরিবা অসিবু কনানা নঙবু লাকচ খুদম চনখিবা য়াওবগে ?

মরায় চায়বা —(হম্বরকপা) মতম অমদা কল্লি হায়নরম্বা মৈনোংদা হম্বদুনা মরায় চায়থবক্ল থায়নগী হম্নমান তাবে।

মরৈ শাংবা।—(কুইনা কপ্পা) অঙাং অসি মরৈ হংম্না শাংবনি। কপথগা নেংং থোংত্রিবা ফাওবা ভোত্তবনি।

মশা পানবা। (থংপ) মুগা মচাশিংসে মশা পাল্লেনা। মুপীনবু অহুক য় ম্না থংপা হৌনবা ?

মশা লম্না। - (মশাগী অক্নবা হেনগংপা, মীরোনবা) য়াগী মংমী অহু মশা লম্নে অঙাং উনবা বুইবয়োই।

মশোঙ উনা লৈবা।—(মী পুন্নমক্না খঙনম্বনা ফাওবদা মত্তোমতনা মী খঙলম্মোই খন্দুনা লৈথোক্নবা ভোং বা ম্রেভীও অহু মহাক্না হুবনি হায়বা মী পুন্নমক লোইনা খঙলবনি। অহুবু মহাক্না হুদে হায়দুনা মশোঙ উনা লৈনবা হোৎনরি।

মছু চাওবা।— (কিনীংঙাই ওইবা) য়েক্লবছু শারবীগী হায়-হুনা খ:রাইব্বা তৌগনু। মছু চাওবা য়েক্লবনি, কৈমিংচিং লাক-খিনি।

মায় কনবা।—(ইকাই খঙদবা) মুপ অছু মমায় কমএ মীনা থীনা চৈরবা কাওবদা মমায় ঙাঙদে।

মায় কোন তোপ্পা। (য়াম্না ইকাই খঙদবা মাদি মমায় কোন তে প্পা মীনি, থীনা চৈরবস্থ ইকাইবীবা জাৎ নত্তে।

মায় থুবা—(ইকাইবা নংবা) নমা নপাগী মমায় থুগদবা থবক তৌগনু।

মায় ঙাকপা। (চোপ্পদগী কনবা লৈকাইগী পাখঙ লৈশাবী মমাম চাক চানবদা ঐগী শেম্বাং পুখংনিংঙাই লৈগুহুনা ইকাইবা ফংলগদবা মতমদা নহাক্না ঐগী শেম্বাং পুখংশিহুনা ঐগী মায় ঙাক-পিখিবগী মমক ঐনা নহাকী তৌবিবদ মতম পুবদা কাওজরোই।

মায় চানদবা।-(মোত তিন্নদবা) নথোমগী নবাকছু ঐগদি মায় চানদে, ঐখোয় অনী ঙাইহাক্তা কম্মিরবা য়াদে।

মায় থকপা।— (হন্থনা খন্দবা) থবক তৌবদা নমায় থকত্ত, অশোয়বা লাকনি।

মায় থাবা— ইকাই খঙদবা) নঙসি নমায় থাগ্রে, ফনা থীনা ঙাওই ইকাইবা খঙখিদ্রে।

১০ মিকুপ নাহুম শেন্নবা — (অংৎ অকোম য়েংহুনা লৈবা) ঐগী য়েন থয় লোইজবছু পাখঙমচাশিংনা হুরাম্নুনা চাগদবগী ঐবু মিকুপ নাহুম শেন্নহুনা লৈয়ে।

মিংঙৈ কাবা।—(কোম্প্র খাংসা) খওদি ওসাইননি হৌজিক্তা ঙাকইরোইদ্রে নপাছু মখিং ঈ খাল্লো মতবু ঙাইহোবনি।

মিং নাবা।—(য়েংনিংদবা) নোং হেক ওানবদগী মুমিং তাবা ফাওবা কোইচং চতু রা থবক মবা কাওবা তৌদনা লৈবসি য়েংবদা মিং নারে।

মিং থাওগা।—(নোমা) মপাগী মহুং শিন্দুনা থবক ওগনি হায়রুনা লাক্লিবা অতাংসি য়াম্না নৌরি. মিং থাওত্রি।

মিং থনবা।—(মপুং ফাবা) নওগী হুকান অসি পোং য়াম্না লৈরে, য়েংবদা মিং থল্লে।

মিং য়াম্বা। - (উক্লিবা মথৈ লাম্বা) লৈশ্যরী অহু মমিং য়াম্লনি। - মহাক্না নঙোন্দা বারে হায়বসি কম্না থাজরুগম্বু।

মিত্তা থাকপা থুপ্পবা।—(উশিত্তবা) মামা পোওহুনা ঙাংজবা শাক্লিবাহ ঐতোনদি মাওবা জাংদি মিত্তা থাকপা থুপ্পা পোং নত্তে।

মিংনা করাম্বা। - (হেংজিম্না লৌনীওবা) চাবা থকপদ্দু নমিংনা করামগম্নু, ওমত্থু ওমলোইদরম্না চাক মাহ নঙবা লোইনা কম্সিনগম্নু।

মীমাও কম্বা।—(য়েয়াম্ন মমাওদা ইকাইরম্ নবা) মক্তা থপানা মীগী গান্ধী হুম্রাল বম্না ক্লাহুনা চক্রসিং অহু শেরবাম্না তিক্লরমিগ মচা অসিগী হাক্তা মহাক মীমাও কম্লবনি।

মীরুং নারত্থা। (অচাঙবা তাঙ্গাদা) মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা ফাত্থন থম্লিবা মরাদা লৈরবা নহা অদু মীরুং নারত্থা কৌথোকুনা চেনখিরন্নী।

মীরক মাচন থীবা।—(ইকাইপনবা, মীওবদবা) মীয়াম তিল্লগা মমায় হাইগৎপা ওবদবা মীরক মীচন থীবা মীনা কোৎ লেয়দ্রা ভোং কংলোই।

মীরায়থোক ফত্তবা।—'ভাওবা শকপা অমন্থি থৌথোকক-পদ' মীকা থাপংনদবা) রাম্না খও হৈরবসু চত্থনিনা খাওবসি মীরায়'থাক ফত্তবদগী মীনা কয়া ভানীংদে।

মৈ হৌবা।—(য়াম্না শাওবা) চাক থোঙনা থোংই হারক্পনা অনুপ অদু শাওরনা মৈ কৌহৌরে।

মৈতাম্না কাইথেবা। (শিবা) মৈতাম্না কাইথেব্রিবা কাওহি ঐগী অরাবসি কোকরোই।

মৈশা লাংবা—(অগ্নাশা নংবা) ঐগী খুদোংথীবা অসিদা মরূপ নহাকসু মৈশা লাংবা যাওরেদো, ঐনা নত্রগী ভৌথিমন থক কাপ্তকারাই।

(ল)

লংলা লংজিন পুথোকপা।—'হৌরক্কম ত্তাক্পা মী-হাংপাক্লু কনা'না, করি মরমগীনো হায়বা কন' অমমত্ত্বা লংলা লংজিন পুথোকপা ওমবরে।

লম য়োৌবা।—(লম থেংবা) কুপী নও লংপদা ভন য়োৌক্রে।

লম থুংদবা।—(মথৌ হুক্কবা) মাগী মচা অহৌবা খাইন। তৌনদবা থবক ভাক্তা তৌই, লম থুংদবা অতাংবনি।

লম্বোইবগী শমজেং পীবা।—(পামদবা পোৎ পীবা) নওনা নবুবোক হঙবা অহৌবনি হায়দুনা খোজ্যাও ফিদক অমা লৌরক্লিবা অসিদি লম্বোইবদা শমজেং পীবা তারে।

লমহা তানবা।—(হাথু হাথু থবক তৌবা) থবক তৌবদা লমহা তানগদবু, অশোক্কবা লাকনি।

লমচুই লৌশিং।—(কন্ন লৌশিং) মহাক্তি অকনবা মী নত্তে। লমচুই লৌশিংদ থোইদোক্লকনা মীওন্দগী লৌগদবগীতা হোৎনবা মীনি।

লরাই লুতোন শাংপা।—(পাখংপা) মী ফুনবদা মকোক কায়বা য়াওদ্রে হায়বা অবদা ইচা য়াওরমগদ্রা হায়দুনা ঐদি লরাই লুতোন শাংপ্রে।

লাইগী খুয়া তানবা।—(শিবা) ঐগী মরূপ অহৌ চহী অমগী মখাওদা লাইগী খুয়া তানখ্রে।

লাইবক চাওবী।—(লাইবক থীবী মতম অমদা লাইবক কবিনি হায়রবা ললিতা অহৌ নোংমা মপুরোইবা কায়নবদগী হোৎজিক্তি লাইবক চাওবী ওইরে।

লাইরিক হৈরবা লাইগুদ থওদবা। (লাইরিক হৈরবনু চৎনরোল থওদবা) হোৎজিক মতমগী অতোংশিংসে লাইরিক্তি হৈ হায়রবু লাইওদি থওদে। কুটি পাবা ওবদে।

লিশাং শীংপা—(মরক্তা চিথরবদবা) লাইরিক অদু পাবা মতমদা লিশাং শীংনা পাগদবনি।

লুতোন কাবা।—(রাম্না শাওবা) একাগাড়ী তোংলগা অথবা থবক অমা চংকে হায়দুনা গাড়ী থিরুবদা গাড়ী লৈরমদ্রে। শা ওবনা লুতোন কাখিদুনা থবক চত্রে।

লৈকওদা ঈরাক্লবা।—(চময়বা) অমনা হায়বনা ফগত্রা, অমনা হায়বনা ফগত্র মরক অসিদা ঐ করি তৌগদগে হায়বা থওদরে। লৈকওদা ঈরাক্লরে।

লৈরোন চনবা।—(অশিবা হকচাং কুম্বা)মমতাজগী অশিবা হকচাং অদু জমুনা খোংবান্দা লৈরোম চনখি।

লৈ লাংবা —(লৈ কৎপা) মোইরাং লাই হরাওবদা লৈরোই হঙবনা নিংথোদা লৈ লাংই।

লৌশীত্তা থাজনা থীবা।—কায়দবদা শেল তিংন্না) লৌখসু কংলোটদবা মুপী অদুদা নওনা শেল অদুক য়াম্না থরচ তৌরিবদু অরেম্বনি লৌশীত্তা থাজনা থীবনি।

(র)

রাকায় শুবা।—(ক্লকায়বা রা ওাংবা) ওইগদবা রা ওাংও। অরেম্বদা রাকায় শত্তুনা লৈগল্লু।

রাখওদবা।—(তৌবিমল থওদবা) মাদি মীচোজগীদা লৌনীংবা মাগীদি পীংথাক্লীংদবা রাখওদয়া মীনি।

রা থংপা।—(অত্তোপ্পা মীনা ওাওজিন্দৈবা নমহত্তুনা চওবা) অমনা ওাওলিন্দৈবা রা থত্তুনা ওাওগল্লু।

রী নশা।—(তাঙবা লৈশ্বা) ররীম মরৈ য়েৎনবা অসি ত:ক শীরো, রা নম্ন:গে, ঐথোয়গী প্রধান শাহেম্মী তাঙবা অমুক্তা তাদি।

রা নোস্বা।—(অ:তোপ্পা মীদা হায়জ-চৎচ তৌবা) সরকারগী থবক কংনবগীদমক অঙম অথৌদা রা নোস্বা তাই নঞ্জবদি থবক কংবগী রা লৈতে।

রা কংনবা।—(উম্নহনা চমথোক্‌বা) কনানা লাল্লি কনানা চুমই হায়দহ নথোয় অনী ময়াম মমাঙদা রাফংনবগা থঙগদবনি।

রাঙাও কামজ্জা ও হ্ননবা।— উশিং থরোইদবা রা তাঙবা। রা তাঙবদা রাঙাও কামজাও হ্ননগনু।

রাহৈ কারল চনবা।—(কাতু কারল তাঙবা) ইনিংথোগী মফমদা অপঙবা ননাই অসিনা রাহৈ কারল চনবা মাওগ্রবসু তাকশীয়ু।

রাহৈ থুখাম চাওবা।—(হেজিনা রা তাঙবা) রাহৈ থুখাম চাওনা তাঙবা মীদি মরাম্না চুংশিজে।

(শ)

শঙীয়া কুম্না পুক।— অ:রেপ্পা খঙদবা মীওইবগী পুকচেল) মহাক্না হারমিবসি খাজগত্রা নত্রগা থাজরোইত্রা শঙীনা কুম্না পুক্কি থঙবা ঙমদে।

শক মায় য়েৎনবা—(চায় চিন্নংগী মরী তঙনবা হোৎনবা) (মতম্না অক্লাববা তোই তীবজ্জা হেক্তা কুবা ন্নাদে। মপা অহু ঐগী চান্নবা মরুমি, মপাগী শক মাম য়েৎনদরা ন্নাদে।

শক্লোন পুবা।—(তোঙানি তোঙামবা শক্তম লৌবা) হুপা অসি মায়া চনাক হৈবা, শক্লোন পুবা মীনি। অদিনা চাদিনা শাহুনা মকম অমদা লৈরমগনি; হয়েংনা মহাক্কী শাহুনা মকম অমদা লৈরমগনি।

শগোল মায়রৈ শামু মীংহৈল।—(ফিভম লেংলবা মা ঙাঙবা) রাজেন্দ্রা অচেংবা থাজবা থমগনু। মাদি শগোল মায়রৈ শামু মিংলৈ হায়দুনা অঙন অঙন চাবনি।

শজিক মতুঙ ইনবা থবা মমৈ রায়বা।—(শিবা) টাবেন্দ্রা! নঙনা নমা কৌদুনা কম্নসি তোল্লো। মমাদি শজিক মতুঙ ইনব্রে থবা মমৈ রাবব্রে।

শম চাবা।—(শম ফানবা রাবা থাঙগী অথোবা মবা) অঙাংনা পায়রিবা শোরি অমু শম চাবা থাঙনি, পায়দুনপুত্থ শোকনি।

শন্নাব্দা লীংপা। (খঙ্গিকদা নাম্মোকপা) হন্দক মহাক্না নাবা অসি শিবা মাবা থোকখি। ডাক্তরনা কম্না লায়েংবদগী শন্নাদা লীপ্পা না হিংহৌবনি।

শমজি থাইবা।—(নাকল নাকল থাইদোকবা) খোংজাম লান্দা ইংরেজ লানমীগী মমাঙদা থাঙবা ওমদদুনা মৈতৈ পুন্নমক শমজি থাইদুনা চেন্নরম্মী।

শয়েঙ থৈনবা পাম্বোম ভানবা।—(পাজল ন্নুকবা) ঐ লৈরিদৈদা ইচাগী ছুবুম নাম্না তেকহনগদবা কনা লৈরগে? মতৌল কবা কনানো লাকসনু ঐগা শয়েঙ থৈনগে পাম্বোম ভানগে।

শক্লেঙ হীকথবা।—(থবক তৌবা ওমদবা ঐখীদা থবক তম্বা তোমচানা হন্দক মপা নারে হায়দুনা মম্বুম চংখিবদগী হল্লকবা মসিদা ঐখী শক্লেঙ হীকথরে।

শরী পন্দোম লোম্বা।—(রাশক মপুং ফাবা) মতম অমদা ইপা হাংখিবগী লমম খুমগে হায়না রাশকখিবদো ওসিদি ইপা হাংলপা মুপাঙ ইমাওদা লেপ্পরে। মহাকপু মতক কল্লগা ঐগী শরী পন্দোন লোম্নগে।

শাগৈগী মৈতাল অশিবা।— (শাগে চেম্ববা মী) নহাক পোকপদগী নম্মা মপা মীমাও ফম্লেদনা। নওদি শাগৈগী মৈতাল অশিবনি, শিখিবনা ফরবনি।

(হ)

হঙ্গংমা চাবা।—(মথক থোংবা মীখু নমহৎপা) অভাং নঙনা ঐওন্দা পাও.খানকা শীরহুনা হঙংনা চারেনা।

হয়িং খেনফমদা।—(চারমদাইদা তাঙ্গা চামা থুংলবা) চাওবা নঙদি হয়িং খেনফমদা হেক লাকইদা। ঐখোয় চাক চারসি হায়দুনা তৌরম্মীবনি, লাক্লো নঙস্থ চাক্লসি।

হাও নাতংপা।—(হায়খিবদগী হোংও য়াদবা) মাদি হাও নাতংপনি. মানা হায়বত্থ নত্রবদি ওকয়া য়ারোই।

হামেঙ রাইনবা।— (থুমোক্তি য়াম্না চাওবা তীবা অহুগা থবক্তি ই.তী তৌদবা) অফাওবা মুপা অমী মুক্না শায়গনি হায়দুনা য়েংগদবগী মী ময়াম ভিল্লে অহুগা মুক্লাসি হামেং রাইনবা তাহুনা তোক্লে। অহানবা ফি পায়কবদা অমনা চেপচীং তৌরকপদা অমহু মথুং শৌহুনা-মুক্লচলোইরে।

হীরী কোনবা।—(কুমকমদা কপহনা য়াম্না ফুগ্গা থাখল থনবা) মোইরাংগী চাওবা নোংথোম্বা থবথু শাম্বুরোওনা কেহ্না য়াংনবা হোংনরবা চৌংথুবা যুবরাজবু দগী পীনবা হীরি কোন্নবী।

হৈক্রু মনাদা য়োম্বা।—(য়াম্না থামদবা) মীগী থবক ওইনা চিংবা থাবা পোৎ নত্তে। থবক্তা নোংঙানবদগী তুমিৎ তাবা কাওবা গী অহৃগা থুংগুমম্না হৈক্রু মনাদা য়োম্লগা পী।

হৌদোঙ মৈরৌ।—(পাওখোন চৎপ্রগা হল্লকুবা) য়া লৈ-রুক্তা হায়হনা চৎথিবা অঙাং অহৃম্বু হল্লক্লে হৌদোঙ মৈরৌ তৌপ্রমাল্লে।

হৌদোঙ লাইকুদা।—(উচিন মাচিম্না, তান চারক্তুনা) তুম্নন্দা থোই চোপ্প' চৎলুবনি। তুমিৎ চুপ্পা ঙা অমা কাঙবা কাদা ওমদ্রে। হল্লবদা ইদা উচিম্না হৌদোঙ লাইকুদা ওক্রা অমথক কারকই।

(য়)

য়া থাঙবা—(চাবদা কনবা) হয়াই অসি যাম্না কম্নি, চাবদা য়া থাঙলে।

য়া হিগৎপা -(ঙাওশিন্নবা) মকম অসিদা নম্না হিগৎলগনু, চৈচাগনি।

য়াঙলেন শরু তেক্কপা।—(পাজল লোক্নরুপা) হজক লাফহৌবগী মকোক অমা কাথিবা অসিদা লানহৌবা কাঙবুগী য়া লেন শরু তেক্লে

